# য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ

অরাম্বম সমরেন্দ্র

# মেম্নীং-থাগী ঈশৈ



অইব : অরাম্বম সমরেন্দ্র

১৯৮১—অহানব থুংনম

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী-না কোঙবা




লীলা অসি শান্নবিনীংবা গীশিংনা মাঙজোননা পার্মিসন লৌবিয়ু।

মমল লুপা

নম্ফম: ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং রার্কস, ইম্ফাল।

# "য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ"

অহানবা তাঙ্কক্
[ অহানব উৎপ ]

---

[ অমুক পুং ৯–৩০ তারে। Indian Airlines কি aeroplane থুংলক্রে। মপান্দ গাড়ী খাম্বি মখোল তায়। সনাবৈ মাঙ থাতুনা বীরহরী বাবু Drawing room দ চঙলকই, মখুত্ত সুইট কেশ অচোব অনী পায়রকই। শনাবৈ লৈ অশাব চরোং অম পায়রকই। ]

শনাবৈ : ইমা, ইমা, কদায় লৈগে ?

মমা : ( ইমুংদৈ ) ইমা সিদ লৈয়ে, ইচাগী চা শেমবা ঈশিং শৌ-হনবানি, লাক্লে লাক্লে ! ( থোরকই )

বীরহরী : চা লোইদ্রিবোইরে, ঐখোয়দি air port তমু থরককত্রে।

মমা : লোইরে, লৌরুরগে। নঙ' লৈহুদি কজখ্রেদা !

শনাবৈ : Calcutta দা Street Pedlar শিংন য়োল্লম্বদগী থরক-পনি, কজবনি। কজত্রমে পাবুং ?

বীর : নমানা ফজৈ হায়রবদি লোইরবনি।

মমা : কজবব্ কজৈ হায়রম্নি। নখোয়' লাইরেকপদসু অথীবব্ কজৈ হায়রব্রাও ?

শনাহৈ : অথীবদি থী হায়নৈ, কজবন কজৈ হায়নৈ। ইমাগী comment সি চুমই পাবুং।

বীর : ঐ লাল্লি হায়রে। ঐন হায়বদি নমাখোয়দ পোৎসি লোইন কজদে। পোৎ হায়বসি তরাই তরাইদে হায়বনি। নঙগী Canvass শিংছু য়েংলগ নঙ খঙগনি, অচৌব Critic নিংনে।

মমা : এঃ খঙনরনি, নখোয় পাবুংগ ঐগ লাই য়েংব কনান হেন্ন হৈবগে য়েংউ।

শনাহৈ : ঐ Canvass ময়াম পুখোরকে ইমাগী চা-দুম লৌরুরো।

মমা : উম, চা লৌরুখিগে। ( চঙখি )

শনাহৈ : ( Suit case অমা হাংলগা Canvass ৩/৪ পুখোরকই ) মখোয়শিংসি ঐন Final year দ য়েকখিব ডাক্তরি পাবুং। ( অম পায়খৎলগ ) মসি ঐন Night কৌই পাবুং, Bombay গী অহিংগী দৃশ্য অমনি। মুমিংন তাপ্রগ অকোইবশিংদ মমশিন্নকপ, লম্বীগী Street lamp, হরা-গাড়ীগী মৈ, সমুদ্রগী অমম্ব মথক্ত জহাজন ইমু মুন লৈবহ্ কংফাল মথক্ত ভানব মৈরাঙন শে কাপ্পুন উহনব—Marine Drive তা উব দৃশ্যনি। মসি ঐন Land scape ভায়বগী মতুঙ্ত Night কৌই, সহর অমগী অহিংগী পুন্সিহু উৎনন তোৎনরনি। ( মমন চা পুখোরকই বীরহন্না, শনাহৈ অমমম্ লৌই, অতোপ্প Canvass অমমুক পায়খৎলগ ) মসিন Day কৌই। Bombay গী মকম অমত্তদ উব পুন্সিগী শককমতু অমম্ব ঙমদি অঙানব অনীগী Contrast অম পীনব হোৎনরনি—Day-life তুনি।

বীর : নমাদ য়েংহন্নু।

মমা : য়েংগনি, কৈদৌন য়েংঙোই। চহী ৪/৫ চুপ্প লাই য়েকপ তমলুব্রিব ইচান য়েকপ লাই কৈদৌন য়েংদনি। (য়েংই)

বীর : ফজে ফজদে হায়রুদনা!

মমা : লাই লৌইন য়েংলগ হায়নি। মখোয় পাবুংসু ছায়য়ু।

শনাথৈ : মসিন ঐন Coconut হায়না থোক্লে। য়ুবী হৌবহু, চরোং চরোং পানবহু ঐন পামজরকহুন য়েকপনি। মসিন Juhu Beach নি। ঐখোয় ইমাম্বব মমাম ঈরুজব চৎপদ ঐন য়েকপনি। Oil ঙাক্তনি। ঐগী Colour stroke visualization মুন্ন য়েংউ পাবুং।

মমা : Juhu Beach সিম ফজে হায়না খল্লি। মান সিদা ঈশিংগী অশংবগ অতিয়াগী অশংবগ তাইনহল্লিব, লৈশোইদ মুমিৎকী মঙাকন য়ৈবদ অরুংব মশেক থোক্লিব, লৈচীল মচুগ অতিয়াগ পক্লুবিব, য়ুবী পাঙ্গীন নুংশিৎকী ঈপোম অম উৎলিবসি ফজে।

বীর : য়াবে।

মমা : মখোয় পাবুংসু হায়খোবে।

বীর : উম, হায়গনি (হৌগৎলি) হৌজিক্তি হায়রবোই। থর কুপ্প য়েংলগ হায়গনি (ঘড়ী য়েংই) ঐ Taxation Office তা অমুক্ত চংলুখিগে; চাক চারগ খরসি।

শনাথৈ : পাবুং ঐন চিঠিদসু হায় ইথ্রবহানে। কাসিগী তাইনবদ ঐগী Studio অম শেমদব য়াদে, মহুগী থৌরাং থুন তৌবিয়ু।

মমা : তাঙাং তম্ফাজাওদ Telephone তৌবিরমউ, পোৎ-চৈসু পীরকউ, থবক শূনব কনানো অমগ থাবিরকউ হায়বিয়ু।

বীর : নখোয়' নমাসিদি মৈনি। ( Telephone পায় )
Hello 233—two double three-three—yes

অা—Hello—তাওাংলা ? ঐনে—বীরহর্রা—উম, অা ঐগী মুপীমচাহু Bombay দগী থুংলরে। ঐগী drawing room সিগী অরাংদ মাগী লাই য়েককম Studio অম শেমদব য়াম্রে, উ-মুংস্থ থর পীখিমু, থবক শূনব মী অমস্থ থাবিরকউ। হয়েং থাবিংকে হায়ব মুওাইজরে, থমজরগে। য়্নারনি, হয়েং তাঙাং তফাজাওন পোংস্থ থবক শূনব মীস্থ থারক্লনি। ঐ চংখোকলুখিগে।

মমা : মুপীমচা নঙ করি ইনশাং চানি ?

শনাবৈ : ইয়োনব চাগে ইমা। করিনো ইয়োনব হাউদোব অম চাসি।

মমা : য়োংচাক আলুগ লোল্লগ লোইরেদনা, তোম্বীমচান ইয়োনব য়াম্ন হাউরে, নংান্দগী নঙ থুংলদেদ হায়দুনত লৈরবনি।

শনাবৈ : মাবু কদাই' চৎথ্রবগে ?

মমা : কৈথেলদ অনৌ-অপেন লৈব চৎহনখি, লাক্লনি।

শনাবৈ : করে, ইমা। ঐন মামেদ মৈতৈরোলগী অনৌব ঈশৈশিং খোমজিনবিরমউ হায়খিবহু কমদৌরে ?

মমা : অং, নহান্দ নঙ পামোন Cassette অম থনখ্নি।

শনাবৈ : ঐ থিরুখিগে, আদ অরীব ঈশৈ ঐন record তৌদুন পুবহু নত্তন অনৌবদি লোইন তাব কাদ্রি, খরদি তারে। ঐ ঈশৈ তারুখিগে। ( চঙখি )

মমা : তাও, তাও! তোম্বীমচা লাক্লগ চাক থুন থোংহনগে।

( পোৎ-চৈ লোইশিল্লি, পুশিনখি। )

শনাবৈ : ( Tape Recorder পায়দুন থোরকই, Cassette হাপচিল্লি থোংই )

" তাবিরসি শিনাম ইমোচাগী ঈশৈ "

শিরে হল্লুই মহৌশা, মালেমদ লম্মেন চাকপদ,
নোংদোন্দ মৈথুন শীনবশে থল্লুই নঙগী চিতানি,

লৈচিলন অতিয়া খুম্বন, খল্লুই নঙগী তেংথা"নি।
মৈরীদ তুমগ্রব মহৌশা
অনৌব কুমওম্নি খল্লুত্রে,
অমুব তাম্বীন লৈমায় 'থক
অনৌব পান্দোং নাওকোলয়ে,
লৈশ্মগী তুংগৈনব মালংন
য়েন্নীং-থাগী কুমজিন শৈশক্লয়ে ।

শনাবৈ : ( Record থিংজিল্লি ) Nice song! শিনাম ইমোচা—কনানো খঙব্রি! এ মাগী Life song তাদব য়াদে, মামোদ শোয়দন পুদ্রুব হায়গনি।

বসন্ত : ( চঙঙকই ) Hello শনাবৈ।

শনাবৈ : হায় বসন্ত! নঙ aerodrome দ লৈরমদ্রিব করিগীনো?

বসন্ত : Sorry darling, don't mind, ঐগী গাড়ীহু তাঞ্জাহুদ হেক্ক fail ওৎবগী য়ানি। নখোই' Father গীহুদ নপকে হায়বস্নু ইক.ইরব। নঙ ওৎলুগদবনি হায়হুন রজনীকান্তগ হেমন্তগস্নু হৌরুরব, গাড়ী য়াগত্রা হায়হুন শেম্ব লাকবনি থাজত্রগ য়েংউ। ( মথুৎ থাউ তৈবহু উৎলি )

শনাবৈ : All right, এ য়ৌরক্লে—এ হৌজিক ঈশৈ তারম্বনি। নঙোন্দ অনৌব ঈশৈগী Cassate থারকউ ইথিবহু নঙ করিস্নু care তৌদে। ঐন ঈশৈ পামজবসি নঙ কৈস্নু খওইদমাল্লে।

বসন্ত : Oh! what shall I say! নখোয়' মামোন collection তৌবন হেন্ন কনি হায়হুন ঐন মাঙোন্দ শীয়বনি। After all নখোয়' মামোদি ঈশৈ শকপ মীনি, মান স্নুম অলে-জালে তৌবনি। But one thing—latest heat

song সি ইবৈ লৈতবনি। Any way হোয়েল evening G. M. Hall দা Music Night অম লৈ।

শনাহৈ : ( নুংঙাইনা ) অওইবয়ো ?

বসন্ত : অওইবনি, ঐ Ticket মঙা লৌহূন শম্বনি।

শনাহৈ : শোয়দন চংকনি, ঐখোয়' মাখেই য়াংত্রা ?

বসন্ত : মান leader নি Top artist ফি তামো দিজেনগ ইচেম্ম মৃণময়ী-গনি veteran popular singers.

শনাহৈ : য়াম্ন নুংঙাইনি। ঐ completely absorve তৌনি।

বসন্ত : Airport তা fail ওইবগী Neutralise তৌব য়ারেদনা।

শনাহৈ : ঐ কৈস্থ শাউদেদা। নঙগ ঐগ engage তৌনরবস্থ পাবুংগ ইমাগগী মমাঙদ হেক্ত openely লোয়নবসি ঐ হঙ্গোইদ- হঙ্গোইদব শাবনি।

বসন্ত : Oh ! you forget it, conservative ওইহুন সুম পংলৈদ লৈবসি ঐদি পামদে। নঙন লাই য়েকপদ Nude form মরাম অম য়েক্লিবক্ত মখোয় মমাঙদ ইকাই হায়হুন য়েক্তব তারত্রা ? কায়পোৎ নত্তে – Lets' be modern. হয়েংদ ঙাইরে নুংহোংগদব, নত্তু নুমদ করাম কুইন লৈনিংলিবনো ?

শনাহৈ : নঙগীহু Press তৌরিত্রা ? ঙাইখো ! ঐ Art College দা চঙগদব য়াংলি, মেন তারব কান্দ হোঙগদবনি— অঙাংমকস্থ নত্তেদনা।

বসন্ত : নঙগী তলবকী য়ায়া ?

শনাহৈ : তলবকী য়া নত্তে—art কী য়ানি। ঐগী Profession হু ঐ Practice তৌব পামই। মরাম মরক্ত চাং নাইন চঙব, ঐন মঙবহু অঙাংশিংদ তম্বিব পামই। ঐস্থ তম্ব পামই।

বসন্ত ঃ　অহুদি য়ুমদ লৈয়বস্থ য়াইনা।

শনারৈ ঃ　য়াই ; খেন্নবদি লৈ।

বসন্ত ঃ　নঙগী art তা য়ুম পানবগ পান্দবগ করিদনো খেন্নগ-
দৌরিবসে ?

শনারৈ ঃ　খেন্নব লৈদ, মরৈ য়েৎনগুমসি। Essence অমদি art
form তুগী রা নত্তে, মতমগী রানি।

বসন্ত ঃ　O. k. o. k.। নঙ হায়বত্ত ঐ য়ারে। অদো—পংকুইদি
কুইথরগুমসি।

শনারৈ ঃ　য়েৎব তাইদন। ফিভম অমদি মতম হায়বসি মীন পাম্ব
চাকুদি ওইদেন। অদো নঙ চাগুম্ব অম থকেরা ?

বসন্ত ঃ　থক্ত থক্লিই, অহু মতুন নখোয়' ইমান ঐ লাকই হায়বসি
declare তৌরুনিদো !

শনারৈ ঃ　মতুগী guts লৈত্রবদি থবত্রেদনা।

বসন্ত ঃ　( র'থল থন্ন ) হোবেল evening সু অমুক—হৎ—ঐ
থক্লরাই।

শনারৈ ঃ　করেনে. ইমা খোয়রুনি।

বসন্ত ঃ　চ.লগে, হোরেল G. M. Hall দ রারী শায়সি।

শনারৈ ঃ　কদায়' চৎকনি ?

বসন্ত ঃ　তুকান্দ। Account ময়াম নমতুন লৈয়র্মথিনি। Com-
pany গী মীস্থ অম অনী লাকুন লৈরী।

শনারৈ ঃ　করেনে; হোরেল পুং কয়াদনো ?

বসন্ত ঃ　6–30 দা—ঐ right 6 তা লাকে।

শনারৈ ঃ　বস। O. k.

বসন্ত ঃ　O. k. — bye। ( থোকখি )

( শনারৈ Tape খোংই—Guiter দা ঈশৈ।
মৈ মুৎখি )

# "য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ"

অহানব তাঙ্কক্

[ অনীশুব উৎপ ]

---

[ হান্নগী কা, অমুক পূং ১০ মুক তাবদ। Right Front Stage দা ইমোচা থবক শূরি। কি মোংলি, চথেংকপদ শেংনব কি উ অমদ য়ান্দুন লৈব উই। Middle left stage দা Tripod (drawing stand) দা চাওরাক্লা মওং লাকশিল্লব য়েকপ লোইহ্রিব Landscape কী Canvass অম লৈ। মরক মরক্ত ইমোচা Painting অতুদ য়েংই। Previous scene দা Tape তা শকথিব ঈশৈগী সুরহু ওংই। শনারৈ Tape recorder পায়রগ থোরকই. থরায় তান ওংলিব সুরহু তায়। শনারৈবু হন্ন য়েংথোরকপদ উরুবদৈ ইমোচা ঈশৈ ওংব লেপখি। মথৌ মথৌদ ঙাংহাক পুক্নীং চঙনরবৈ তুংদ— ]

শনারৈ : ঈশৈ অহু সুর ঙাক্ত নত্তবদ ময়েক য়াওনা ঙাশিব— ঐদি ঈশৈ য়ায় পামই।

ইমো : হৈপোৎ নত্তেদা ! ময়াম শকপ তাবদ য়াথল মুংঙাইরকুন ঙংথোকখিবনি । য়া তারমগনি থল্লম্বদি ঙাংলম্মোইদবনি ।

শনাহৈ : ঈশৈ হৈমাল্লেদা ; সুরহ য়াম্ন চুম্ন তায় ।

ইমো : এঃ অদোম মগায়রে থাগৎপিরিবা । ময়াম্ন হায়নরিবা Bath-room singer হায়বয়নি ।

শনাহৈ : Bath-room singer দি এইগী । মোন মুংঙাইদুন থবক শূব কান্দকা অরুক ঙংবদো সুর মথেক ম থাং-মরম থগুবমশি । সোমগীদুদি সুরহ য়াম্ন চুমই ।

ইমো : সুর চুমইকা হায়রিবসিদু অদোমসু ঈশৈ তশেংন হৈবিরা ? লাই য়েকপ হৈ হায়রবদি থগুলে মিৎন উরবনা । ঈশৈ হৈরগন ঈশৈ অম তাসে ।

শনাহৈ : ঈশৈদি এইদি হৈত্তেদা । এন হায়খিবয়নি ঈশৈদি পামই, শকপদি হৈতে । অওইবনি হৈরগদি অমত্ত তাসিবা ?

ইমো : অহু ওইরগদি সুর চুমইকা হায়বদো য়ানিংত্রিবা ।

শনাহৈ : হোয়, সুরগী অকুপ্পশিংহু এন থওই হায়বদি হায়মনব থোকনি মহুদি এইসু ময়ম থগুদে । অহুবু অদোম ঙংথিব ঈশৈশু অতাস এইবুদি গুংঙাইহল্লি, মখেক য়াওদব ঈশৈহুগী হাইগৎ—হাইথ—মানয়—অরাং—মকনব—অনৌব থোম্মোক্তুন পুক্নীংদ অপেনব অম পীখি—তানিংহল্লি ; মহুনি এন সুর চুমই হায়রিবসে । এইগী য়াসি য়ানিংত্রাও ?

ইমো : হোয়, ব্যাখ্যা কাওদি তাব মুংঙাই । অহুবু ঈশৈ শকপ হৈত্তব মী অমন ঈশৈ হৈত্তব মী অমবু ঈশৈ হৈবগুম হায়বসি এ থাজব ওমদে । ঈশৈগী মহুত্ত লাই য়েকউ হায়রগ য়েকচগে অহৈ-হৈত্ত থগুনসি হায়রগ ।

শনাহৈ : ( শাউনিংন ) হেয়া, লাই য়েকপ হৈব্রনে ?

ইমো : অহোয়, লাই য়েকপাদি হৈজে । য়েকচৌরা ?

শনাবৈ : ( কপ্ল ) কাগি তৌনশুমসি !!

ইবো : কাগি নত্তে, লাই য়েকপদি খর খর হৈ ।

শনাবৈ : খরনকাদি য়াপোৎ নত্তেদা। অদোমগীচু ঐগোন্দ কপ্তুরুব মাল্লি। ঐন শাক্তদি ঈশৈগী রা ভাঙনবনি। লাই য়েকপগী রাদি ভাঙননিংদে।

ইবো : ঐদি লাই য়েকপগী রা ভাঙননিংই। ঈশৈগী রাদি কৈদৌ অক্লদগে। অদোমসু ঈশৈ হৈতে, ঐসু হৈতে।

শনাবৈ : তাবদি হৈদনা, থাব হৈবিত্রা? ঈশৈ শকপগী রা তোক-লবসু তাবগী শাঙনসি।

ইবো : ঐ শাউনবদি হায়থিদেনা। করিগীনো কম শাউবিরিসিবো?

শনাবৈ : ঐদি চুম্ন মুংঙাইরক্তুন ঈশৈ তানিংতুন হায়বনি। মতু থঙইদতুন ঐগী Profession দা কাগি তৌবসি ঐদি শ উ-নিংই—মায় শাউনিংই।

ইবো : কাগি তৌদেদা, অচুম্ব হায়বনি ঐন হায়রিসিবু কঙ্গাম কায়রবগে? অদোমগী ইথৌ ওইরিবা লাই য়েকপত্নদ য়ারী শায়বদি মুংঙাইদনা নত্রগ ঐগী উ-শুবগী থবক অসিদ ওইন শায়বসু মুংঙাইদৌবা—ঈশৈদা শাসি হায়বসি ঐদি মুংঙাইদৌ মান্দে।

শনাবৈ : Fine art কী মরমদ থওব মী লত্রগাদি রারী শাবাস মুংঙাইরোই। ( লাই য়েংলগ ) মসি মী পুম্নমক য়েক্ত থওব ওম থবক নত্তে।

ইবো : করেনে; অভুদগী হৌন য়েক্ত য়েংনরসি। মীন থওব ওম-জবদি কর্নাথা থওবননো?

শনাবৈ : চুমই হায়রিবদো, অয়েকপ লাই হায়বসি মীন য়েংনবনি। অতুবু লাই য়েকপ অমন য়েকপ লাইসি সাধারণ প্রজা পুম্নমক থওব ওমদর মওং হৈ, অতুন মসিগী art অসিগী

মরমদ মৈনব, মীওই মতৌপদি থওবা লুম থোকই হায়বনি।

ইমো : ঐন খনবদ অদোম হায়রিবহ্ লাই য়েকপ হায়বসি Modern Art হ'য়বহ্ ওইন অদোম খল্লমাকে। চুমই modern art হ'য়বসিদ লাইশিংসি মশাগী ওইকম থোকপ মওং থুগায়রগ য়েক্লয়ে, মহুদগী অয়েংব মীন তাব তাখ য়ান থোক্লয়ে। ঐন হায়রিবসি মহু নত্তে—Painting হায়বসি ইচম চম মীন খঙব ওই হায়বনি। অদোমগী রাখলছ্ painting হায়বসি মহ্ খঙব মী খয়তগী ওইহল্লমাল্লে। অদোম চহী খয় লাইয়েকপ তমলুবহুদ পোৎশক অসি ইলুদ লুহল্লবরা করিনো।

শনাৱৈ : ঐন তমলুই হায়বগী রা ঙাক নত্তে। মী খুদিংমক লাই য়েকপ লোইন হৈতেদা। মসি মতম য়াম্ম চঙই, training চঙই; training য়াওদন য়াপোৎ নত্তে।

ইমো : ঐসি মী পুম্নমক লাই য়েকপ হৈমানে খল্লী।

শনাৱৈ : করম্ম ?

ইমো : অঙাং অপীকপ কাওব লাই য়েক্লিবসিদি। পোৎশক অমবু মপুক্লীংদ লাকশিনব অহুপ মথুংন মহু য়েকুন কোঙদোকপ মীওই খুদিংমক ঙমই হায়নিংই—মানব-মান্দবগী রা খয়গ্ন। অদোমগী রাখলহুদি মান্দ্রবদি লাই য়েকপ নত্তে হায়বনি।

শনাৱৈ : খোয়ী অম হেক্ত খোৎলগ লাই য়েকপ কৌব য়াদেদা।

ইমো : খোয়ী খোৎপম্ভ য়েকপ মখল অম ওইয়াল্লে হায়জবনি।

শনাৱৈ : হোয়, অদোমগী রাখলহুদদি মহু য়েকপ ওইরবহ্ Painting হায়বসিদ খল্লব তায়গদি ঐগী রাখলদদি খোয়ী খোৎপদি খোয়ী খোৎপনি। লাই য়েকপ হায়বসিদি করিগুম্ব অমবু মওং অম তান লাকশিন্নব হোৎনবনি। লৈ-ই অম চিং-লবহ্; মহুন করিগুম্ব অম কোক্ষদোকপহু লাই য়েকপনি।

মগুং মরীল লৈতন হেক্ত খোংচিনবসি লাই য়েকপ নত্তে হায়না ঐদি খল্লী।

ইমো : করেনে, ঐদি চহী ৪/৫ তংলুংবসিদ করি করি লাই য়েকপিরক্লবগে ?

শনাথৈ : ( পোউন ) মতুই ৱাদি হায়রক কায়দেদ। লাই য়াম্না য়েকখ্রে ; Exhibition করাদসু ৎোকখোং অম উংখ্রে। Art exhibition কা ইরেং-য়েংদমাক্লেন মাইস্নাম শনাথৈ হায়রবত্তু ঐনি।

ইমো : ঐন থৌ ইশা শাদ তৌনি। Exhibition তৌই হায়রবত্তুদি খঙই।

শনাথৈ : পৌ-শাদব হিরমত্তুদ ঙাউনসি হায়ত্তুন ঐভোন্দ মরৈ তৌবীরিবসি কায়দবনি। ঐসু মতম মাঙৎমথৈ খুয়ে।

ইমো : মতম মাঙব ওইরমদব য়াই মুম্ন খল্লবদি !

শনাথৈ : করি হায়বা ?

ইমো : ঙসাইমথৈ ঙাংনরিবসি রাগেমদি নত্তে হায়জরিবা।

শনাথৈ : কায়দবান, unnecessary waste of time, করে তোক্লসি, মতম হোৎখ্রে। ঐগী লাইসি লোইশিনগদবনি।

ইমো : ঐসু থবক শূরিবনি।

শনাথৈ : অদোমগীদি হাজিরানিন রারীদ মতম হোৎবসি করমগনি।

ইমো : য়াম্না কৈ, ঐখোয় নোমত্তুন হিংব কাংবুগীদি শেন্দোং হায়রবত্তু মদি মঙাম্নরে—অত্তুবু রারীদ ঐন হোৎদোকপ নত্তে।

শনাথৈ : চুম্নই, ঐন হোৎদোকলুবনি, অত্তুবু কৈন খৎনবয়োমদ চথখ্রে। ঐগী ইথৌদ করেম্নবসি ঐদি শুকয়া য়ারোই, অদোমসু ইথৌত্তুবু করেম্নরবদি শাউগনি।

ইমো : ঐদি করেম্নবদি নত্তবানি অত্তুবু করেম্নৈ হায়না লৌত্তুন রারোখ্রে। ঐন হায়বদি অদোমগী থৌত্তুদ চুম্নগী মীওই অমন মাগী মোত খরদং কোঙদোকপদ অদোমগী থৌ অত্তুগ

মগী লৈনব মী নত্রবদি য়াদে হায়বসিদি ঐদি শুকথা থাজদে মতু art হায়ব লম অসিদদি লৈতে হায়ন খল্লি। অদোমগী work অছু মীন খঙব ঙমদ্রবদি ঐদি কৈস্থু কায়নে হায়ন খল্লি। অদে য় লাই য়েকপ্ কন য়ায় হৈব ওইরবস্থু, লাই লাখ অম য়েকপ্রবস্থু অর্থ লৈতে। অদোম ঙসাইমথৈ ভাঙলিবতুদি লাই য়েকপদগী থোকপ য়া নত্তে, অদোম ঈনাকপুনব মচা ওইরগী গপ্—নি। মতুস্থু খুৎন শ্-নোমতুন হিংনব তোংমব ঐভোন্দ তৌবনি। ঐস্থু মতুদ মুংঙাইতুন খর ভাঙহন্নিংতুন তৌবনিদা। করে, হৌজিক ঈশৈগী য়ায়ী শায়সি।

শনাবৈ : ঐ দ লাই য়েকপগী য়ায়ী শাখিনি, ঐ হৌজিক মুংঙাইরক্লি।

ইমো : তুম তোক্লসি, ঈশৈগী য়ায়ীদ ওস্থয়সি।

শনাবৈ : লাই য়েকপগী য়ায়ী শাখিসি। ঐগী লাই মথাম অম লৈ, ঐ পুথোরক্কে য়েংউ (ইমুং চঙতুই—মথং মথং পুথোকই উৎলি) হায়যুনে ঐগী লাইলিংসিগী ময়মদ! ঐন মতম য়াম্ন কুইন য়েকপ্রব ভাক্কেনি, ঐগী medium দি Oil নি।

মমা : (শোরকই) ইবেম্মা, চাক লোইরে চাথোকলুরো।

শনাবৈ : ইমা হৌজিক mood তায়ক্লি। চাক কোম্ন চারগে।

ইমো : চাথোকপিরুরো ঐ লাই য়েঙ্গরমগে।

শনাবৈ : (ভাইহাক শল্লগ) করে চাক্লরগে। (চঙখি)

[ ইমোচা Canvass অহাংব অম থাঙ্গৎলগ হায়গী Land scape অদুগ মায়ব Painting অম Bold ওইব মচুন য়েক্লগ থমই। Painting অসিদ Restless ওইব, পোৎ-থ.ব ঙমদব য়াখল মুংনাংব পুক্নীংগী শক্তম express তৌই। হন্দোক্তুন অয়েক লাই মুম্ন য়েংই—তুরী পায়ন পায়ন ঈশৈ শকই— ]

ঈশৈ:—

অচীকপা পামজবী মহোৗশা
খোয়শাউনরো ওসিদি
মংলংগী শফু কম হুয়ো
পামেল উজাউস্থ ঝান খাংলো।
লায়রবৈ ঈপোমস্থ ইবাওখোল খোকলো
অভিয়াদ লৈচীকস্থ শুরু পাইরো।
অনংবৈ অরাব নাহে-খোয়
খোম্থাং য়ৈরো চীংলোন লায়।
ফূইন হোনব স্থংশা মপীব
মালংগী ঈপোমদ ইরোইনরো।
মোমোন নোকপা নঙগী মায়রখোংনা
মক্শিংগে ওসিদি রাখলগী মৈথুন।
মহোৗশাগী শরুম অকিব ওইরে
খোম্থান নিংগে মাপেম মীরাওখোয় ॥

( লাইদ মুয় য়েং' লৈ, শনারৈ কেন খোরকই )

শনারৈ : লাই য়েংব লোইরবরা ?

ইমো : ( হয় য়ে দন ) লোইদ্রি।

শনারৈ : ঐ ঈরুজবগ, চাক চংবগ, মতম কন কুইরমাগে লোইরম্মদ্রা খল্লুরে, লোইদ্রিবোইরে।

ইমো : লোইদ্রি।

শনারৈ : ( Painting উরকই ) এঃ সিবু ঐগী Painting ছুরনে?

ইমো : পুক্লীং লাকশিন ) সিদি ঐন য়েকপনি। অদোমগীদি অসোম নাকন্দ লৈরে।

শনারৈ : ওয়োক ওয়-তৈমন তেক্লম্মেদা। ঐগী Painting দি মুংঙাইরব মুংদাংরোইরস অম মেক্ক তৌবনি, Gay

colour ভাক্ত শীজিন্নব হৌরম্নিবছ্ খঙব্রা ?

ইমো : ঙসিগী পুন্সিদ মুংঙাইব মুংদাংখোইরম অহু কদায় লৈরিবনো? ঙসিগী পুন্সিদি অরা-চৈনা থাঙবগী, মুংনাংবগী, পোথাকম খঙদবগী শক্তম্নি—মহুনি ঐগী মাংঙদ লৈপ্লিব লাই অসি। মৈন চাকথেকপ্রব অমাব লৈবাক্কী মচু। ( খুদোম্বীন থিন্না )

শনারৈ : অনংব মীওইশিংঙদ ওইরিনিদা ?

ইমো : মানি—অনংব মীওইশিং গীত্তনি অদোমগুম্ন মুংঙাইব মাওইদি খুজোক অমত্তনি। ( খুজোক শাই )। অদোমগী লাই অসে খুজোক অমতুগীরা ? ( শনারৈ খুমদে ) ঐদি লৈরিব লাই ময়ামসে লোইন য়েংজরে। লাইশিংসি থরায়ন পামজৈ হায়বগী অতুঞ্চ য়েকপ ওইরমানে।

শনারৈ : মথরায়ন পামজ্জদন লাই য়েকথিব মী কনা য়াওবগে ?

ইমো : হোয়, মথরায়ন পামজ্জন য়েকথিব মী ভাক্তনি। মথোন্নন য়েকথিব লাইশিংস্থ মথরায় পাঙ্গ। Artist অমনি হায়ন থম্নবদি মথোয়গুম্ন লাই য়েকহন্নিংই।

শনারৈ : ঐস্থ ঐঙোন্দ কাওব পুক্রীংগী ইথিল অহু Canvass শিংসিদি কোওদোক্লি।

ইমো : হোয়, চুম্মী! অদোমগী Canvass শিং অসিদ অদোমগী পুক্রীংগী ইথিল থর কোঁওদোক্লি—মচেৎ অমখক্তনি কোঁওদোক্লিবসি। অদোম্ন ঈংজিরবসিদি থোৎ কাব্রকপী লৈশাবী অমগী মুংঙাইব ব্রান্ডাদ কাওব মুংঙাইবগী ঈহুল থরহুত্তনি। অদোম্ন রাজপাদব ঈমুংদ হৌবগী মিংয়েংহুত্তনি ঊব্রিবসে। অনংব ঈমুংদ পোকপ অদোমগী চহী লেংগী লৈশাবী অমগী পুক্রীংগী ইথিল তুদি অদোম মশক খঙব্রি। শম্ন হায্রিবদা মীওইবগী পুন্সি হায়বসে অদোম মশক খঙব্রিমাক্লে।

শনারৈ : ঐগী Beggar girl হায়ব Canvass অসি অদোম

য়েংজিমাল্লে। Criticism অসি Prejudice অমগ লোয়ননা পীব মাল্লি। ঐস্থ মীন, মীওইবগী পুন্সিদি ঐস্থ খঙিঙনা।

ইমো : খঙবোই নীংব ওইরিনি। অদোমগী Beggar girl হায়বসিদি মপাম্মোংগী মওংচুনি উংলিবসি— আ—মুংদ নীংব থুংদব অরাব, অকিব, মীপাইবক্লদি কোঙদোক্কে। রাংলিদা-লাই য়েকপদি চহী কুইনা তম্মুরে—অদুবু Vangogh, Ed. Munk, Gaugin, Picasso থোয় নৈনরকত্রা ?

শনারৈ : কৈদো' নৈনরোইদগে! ঐগীস্থ European Artist শিংগী অচৌব collection অম লৈ ; ংং গেরা ?

ইমো : য়েংদ্রবস্থ য়াবে। ঐন হায়র'দ 'সিনিদা-অকাও অকাওব artist শিংসিন থোয় মখোংগী পুন্সিন থোংনখিব experience, মখোয়গী পুন্সি অসংদ struggle তৌখিব, পুন্সি অসিবু মখোয় উখিব অদোম Artist অম ওইন খঙকম লোকপ্রা হায়জবনি। অদোম চাকরী লৈশাবী অম য়েক্লিবসি মাগী পুন্সিদ ক্লাম য়াবগে হায়বগ্ন খঙদবনিন লাইসিদ কৈরু অসি তাদে হায়বনি। অদুননি মুংঙাইব মুংদাংব্রাইগী রাখলদদ লৈব্রিবদো।

শনারৈ : অদুদ অদুক যায় থোয়দো শাউগংলিবা করিগীনো ?

ইমো : খেয়দো শাউগত্তে ; ঐগীসি য়াবনি অদোমগীদমক। Canvass অম হায়বসে—য়ায় হাঙব ওম্মি—মপাঙল য়াম্ন লৈ। অদুবু অদোমগী art অসিদি লম্নাই অদুম তাদুন লৈগনি, Hobby ওইন।

শনারৈ : করিনো য়েকহুম্নিংলিবদো ?

ইমো : য়েকহুম্নিংবগী য়া লৈতে। য়েকহুম্নিংই হায়রুন য়েক য়াব পোং নত্তে। য়েক্কদৌরিব মী অদুগী পুক্নীংদ কাওব ইখিল

অহৃী ৱানি। Vangogh গী Potato Eaters, Boots, Miners, cypress নত্রগা Sun-flowers অর্থ করিনো ? Edward Munk কী—"The cry"—নৈশাবী মচাহুৱ কিহুন লাউবদ অতিয়া, মালং অমদি পৃথিবী কাওন নীক্লি-বহৃ করিনো ? কৃত্রিমত্ত থত্রমাল্লেদা। পুক্নীংগী ইথিলসি পোংশক শঙলগা কাওরকপা নত্তন পুক্নীংদ মপান্দগী কাজিন্দুন হাপ্লদি য়ারেই।

শনাবৈ : হায়নিংজিবত্থ করিনো ?

ইমো : মুংঙাইব ইমুংদ পোকপগী মুংঙাইব মিংষেংসে পুন্সিগী মচেৎ অমথক্তনি। ঙুনব ফি শেংপী, অপীকপ মচাদো শেগা খুহুন পোরগা মাঙদ পোৎ শরু থাহুন য়োম্লিবী মৌ-নতা মচাশিংগী শক্তমদো কৈথেল মহুং চঙলগা অমুক্তং য়েংউ—অদোমগী art শহু মগুণ হনগৎকনি।

শনাবৈ : মথা ভান হায়খো।

ইমো : য়ায় artificial ওইব পুন্সি মওং অমদ ভাউতুন অদোমগী হৈ-শিংবদো অয়েস্বদ ভাদোরে। Original ওইব মশাগী অশোব মশক মাঙদং পোৎ থিহল্লিই। Gaugin না চাউখৎলে য়ুরব European civilisation তুক্তয় হায়হুন Primitive civilization থিবদ Tahiti দা মপুন্সি লেংখি—য়ায় অর্থ নৈ হায়ন থল্লী।

শনাবৈ : থরগ হায়খো।

ইমো : ভোক্লসি, শাউগহু। ঐ য়ায় হায়নিংদবনি, অহুবু ঐন্থু পুক্নীংগী ইহুল অম লাক্তুন য়ায় ভাঙ.থাকপ্রে। ঐগী থবক মতমহু হৌখ্রে; ঐ থবক শূরগে।

শনাবৈ : ঐ থাজক্প্রে। ঐবু শাউগহু। ঐ চা লোক্লুখিগে, হেয় শাংন য়াবী শাব ঐ পাম্মী।

ইমো : হোয়, রারীদি শাখিসি ওসিমক নত্রবস্থ ওসিগীদি তোক্লসি, ঐদি হাজিয়া শুবনি; ইথৌ তৌদন মতম মাঙহনব হায়সি ঐ হৈনদে। রারীসি হবেংমুক শারসি। ( ওনশিন্দুনা থবক শূই )।

মামো : ( চঙলকই ) ইবেম্মা, শনাবৈ !

( ইমোচা মমায় লূকথহুন খঙদনব হোৎনৈ )

শনাবৈ : হৈমা ম'মো ! নঙ্ ওরাং লাকত্রি' করিগীনো ?

মামো : মাম্ম চিনমন্দুন তৌবনি। নহান নঙগী cassette অম থনম্বনি, থেংনবত্রা ; সিনাম ইমোচাগী ঈশৈ অমখক্তনি মহুদ য়াওরিবহু।

শনাবৈ : মামো সিনাম ইমোচা হায়বসি অমুক্ত পুরকউবা, ঐ মাগী life song ত'নিংই।

মামো : উম, পুরক্কে। য়াম্ম য়াগন্দে ঈশৈ শকউসি হায়বসি। ওরাংগী Programme হুস্থ য়াওত্রিহুনি entertainer ওইব পামদে হায়হুন। ঈশৈ শক্লবগি পৈশা কোক্থোং অম কংগদবহু ঈশৈ শকপ ময়ামসি য়াম্ম মমল তোঙমল্লি হায়হুন থওইদন লৈথোক্তন লৈ মান হৈজব উ থর শু, চেক থর শূ তৌহুন মপুম্মি লেনবনি। এঃ নঙগী লাই'সদি কজত্রেদা ! Colour সিদি bold ওইত্রেদা—মহোশা অসি য়াম্ম violent ওইন উরে।

শনাবৈ : ঐন য়েকপ নত্তে মামো !

মামো : কনাননিনা ?

শনাবৈ : সোমদ থবক শূরিবসিন য়েকপনি।

মামো : ( চঙশিন্দুন ইমোচাগী মমায়দ য়েংই ) —ইমোচা !

ইমো : মামো।

মামো : শনাবৈ ইমো'চানিনহায়। ইবেম্ম নঙসি নরাইবক কত্রেদা, মশান ক'ন্দন সিন্না লৈরম্মোদ্রা !

শবাবৈ : মামো ঐ—ঐ—হায়কম খণ্ডদে ।

মামো : ইমোচা, ঐনদি নঙবু য়ুমদন্থু থিরুরে। কদাই চৎখিবগে কনামত্তন্থু খন্ডলমদে। নঙ'সিদ লৈরম্বসি ঐ য়াম্ন হুংঙাইরে। ইমোচা নঙ ঈশৈ থর শকউ—Please—ঐগী ইমৌসি ঈশৈ য়াম্ন পাম্বনি—মা artist নি। লাই য়েকপদ নত্তন ঈশৈদন্থু ভাওবনি—মহা অভাওবীনি। নঙ সিদ লাই য়েক-লম্নবোইরে। নঙ থেংনবসিদি ঐগী ইমৌসি ভাওব ভারে।

ইমো : মামো ঐ সিদ হাজিরা শুরিবনি। Studio সি থুন লোইদব য়াদবনি।

মামো : হেরা—কনাগী হাজিরা! শুলী য়াম্নো! Come on, মুপীমচা ইমাদা চা লোল্লকউ হায়য়ু, ইবান্নি ঈশৈ শকনি।

ইমো : মামো, ঐ ভসিদি ঈশৈ শক্লরোই, য়াম্নৌহু।

মামো : কৈদৌরবগেনে ? why ? you look tense। নঙ কারিনো হুংঙাইতব য়াওব্রাও ?

ইমো : কৈন্থু তৌদে মামো, ভসাইমখৈ লাই য়েক্লিভৈদ মতম হৌ-দোকপ্রে, থবক ইশূ-শূহৌদ্রে থবক শূথিগে।

মামো : No-No, নঙ থবক্তু খমখো, ঐগী ইমৌসি নঙগী ঈশৈ ভাহন্দব য়াদবনি—life-song। please ইমোচা।

ইমো : মামো ঐ ভসিদি শক্লরোইবা !

মামো : No, ইমোচা, সে ঈশৈ অমত্ত শকউ। মুপীমচা Tape record।

ইমো : ( ঈংন ) করে—শক্লগে।

**ঈশৈ :—**

মুংথংলে ঐন নঙগী শক্তমসে,
হয় হয় অভৌব মচুন ;
য়েকখিবনি ঐন থাবুম চুপ্প নঙবু
অনৌব মচু তৈন্ন ভৈরহুন।

খল্লী ঐন কাউরবনি খল্লি নঙবু,
মতম কয়াগী লাক্কদব পুন্সিগী ;
তাররোই হঙ্গংন মতমগী থোঙ্খাংদ
নঙগী ঐগী হৌখিব রান্নী ।
অরোইব ওইন য়েংলুরে নঙবু,
ভৌন তৈঙ্গ্রব ফিজ হুদ ;
থুৎলমদরে নঙদি—নঙগী শক্তমদি
লৈরমলে লেঙদন হেন্ন হুকচিন্ন।
নঙবু কাউরে খল্লুবন হেন্ন নীংশিংলে,
তারোই নীংলুবন—হেন্ন ফারম্ন ;
মুৎথংলুব শক্তমদো য়েক্লন্নে থম্মোয়দো
অহোম্নন য়েক্লন্নে থম্মোয়দ ।

মামো ঃ ( ঈশৈ লোইববদ ) wonderful ! wonderful ঐগী
ইমৌসি নঙগী ঈশৈদ তাওরে—ঐ খঙলে।
( মহাক্ন ঈশৈ অমমুক শকই )

কনাগী ঈশৈ তারুবদ
থোয়রাংলক্লে মুজা'মা
কনাগী শক্তম উরুবদ
কঙাওনরে শানৌ'মা ।
পুক্নীংগী ঈহুল ঈহৌরক্লে
মুংশি শিঙেল শাৎবায়রক্লে
রাখল নাচোম শেন্নহুন
মাঞ্জ কাদ থেৎচনিংলে ।
থম্মোয়গী অঙৌব কুন্দো লৈরাং
পাথং ওক্ত হুকচনিংব

মঙলান ওইন তোক্লগত্রা
ওাইহাক অমুকস্থ থগ্গানরে ।
মাল্ং শত্থ্ম ফংবদ
তনিক্লে অয়ুকী থরো
রাখল ঈশুল লাংবদ
তনাক্লে মুজাগী থম্মোর ॥

শনাবৈ : ( ঈশৈ কোইবদ ) মামো হায়সিমা মতাম্মনি ।

মমা : ( চা পুথোরকপ ) ঐদি ঈশৈদি তাহৌত্রেদনা !

মামো : এঃ ইচে তাকৌদবন কৈ ।

মমা : করিগীনো ?

মামো : হুয়েংমুক তাননব ।

মমা : উম, হুয়েংকথৈ শোয়দন তাগে। সে-সে চা লৌরে। আ ইবুংঙো থবক শূবগী মিংদো—ইমোচা, ইবুংঙো সে চা লৌরে।

মামো : ইমোচা, চা থক্সিসে। ( মঙাম চা থকই ) শনাবৈ ঈশৈ তারেদনা—life-song কমদৌই ?

শনাবৈ : মামো - just wonderful !

মানো : অদু দক্ষিণা পীরোইত্রা ?

শনাবৈ : আ ঐদি থনবু থলুত্রে, তৌজনি। ( নোকই, চাম্ম-চৎপী নোট অম bag তগী লৌথোক্লগ পী )

মামো : ঐ ইতোমতগীরা ? ঐথোর অনীগীরো ?

শনাবৈ : মামোদগীনি ।

মামো : সোমগীদি ?

শনাবৈ : ঐ থক্লগ তপ্প তৌজগে ।

ইমো : মামো চৎলসি ।

মামো : করিগীনো, শউরবা দক্ষিণা হায়রুবগী। নঙ্ পামত্রবদু ঐ লৌগে ভৌবনি ইমোদগী ।

ইমো : শাউদে মচুগী মা নত্তে। থেঙনথাসিদ মুমদ চৎপন করে থরে।

মামো : হোয়, অচুগীদি মারেনে। মঙন ঈশৈ শকপসি ঐঙোন্দ মায় মুংঙাইথে। চৎসি।

ইমো : চৎলগে, হয়েং লাকে। ( থোকখি )

মমা : নথোয়' মামোগ খঙনবোইরে !

শনাবৈ : ঊম, মাগী খঙনরম্মি, মামোগী মরুপ ওইরম্মে। ( মুংঙাইনা থাথলা ভোই।)

মমা : ঊম, য়ায় করে। থবক শূবগী লেল শয় ভা–ন লৌ মারনি 'হুদি। ( চঙখি )

[ শনাবৈ নোকই, মৈ মমথি ]

INTERMISSION

# "য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ"

অনীশুবা ভাকক্
[ অহানব ঊংপ ]

---

[ মমাঙগী Scene গী কা অহুমক ]

তম্ফাজাও : ( চঙঙকই ) ইমুংসিবু কনামত লৈত্রবরা, মমা ইবেম্মখোয় লৈত্রা ?

মমা : ( ইমুংদৈ থোরকই ) হায়মা ত'ঙাংনিমা ! ফুংঙাইরেদা লেঙ-থোরকপ, মখোয় পাবুংত্থু হৌজিক্ত চা থক্রম্বনি—হকচাং শেংদোকনি হায়দুনা মনিঙলোমদ চঙখি ; লেঙশিন্নু ঐ চা লোঙকরক্খিগে । ( চঙখি )

তম্ফা : ঐ যুমফম্থ থক্লক্লে, থকজবগু য়াবে। অা মুপামচা অম থবক শংবত্ত কমদৌরিবগে য়েন্নীংত্থক অাকপনি। লোইদি লোইশিন্নরক্লেদরা।

মমা : ( চা পুথোরকপদ ) অা মথক্কীমিদ মৈ য়ামনব হাপ্রকপদব মত্রেক অমত্তং লাংখিয়াক্লে। থবক য়াম্ন চেকশিন্ন শংই, য়াম চঙথোক্লী পাথংদু।

তম্ফা : ঐন থরুগ থব কৌরিবু হায়নবরি। য়াম মতিক নাব

অঙাংনি। য়াম্না নংহুন মশান হোংনজহুন লাইরিক তম্বনি। লাই য়েকপ য়াম্না হৈবনি ঈশৈস্থ নীংথিজন শকপনি।

মমা : হুপীমচা শনাবৈন তম্মি মখোয়' মামোগ তিন্নৈ, ঈশৈকা শকমিন্নৈ হায়হুন ঙাইহাক লৈতন য়াম্না তৌই।

তম্ফা : করেনে থবকপু লোইরবদি হুপীমচানদি শেম্লিব কা অসি মথরায়ন পাম্লব্রা ?

মমা : এঃ য়াম্ন হরাওখ্রে লাই য়েকপগ, ঈশৈ শকপগ মাদি য়াম্ন পেল্লমাল্লে।

তম্ফা : করে, করে, হুংঙাইরে—ঐগীদি ঈমৌ ওইগদৌরিবনি। ঐ রাকমসিগীস্থ হৌদোক্কে লাপনি—কৈদৌঙৈ রা লোইশিন্নসি হায়বা। ঐন হাবরিবসি ঐখোয় মশেল য়ানরবস্থ মী' মমাঙদ চংনবী ওইনা তৌদনা হায়না থোরম থর লৈ—য়াথং থানব, রাক্লোইপোং-হৈজিংপোং ভাবপু হায়রিবা। ঐগীস্থ হুপা অসি কন চঙী য়ামশিল্লক্রে—মান তহনস্থ ওইবনিদো। মান হোঙনি-হোঙান হায়তুন হুম লৈরিঙৈদ মথাগী অঙাং মনাওশিংসিন হুপীকা থোক চেনশিল্লকপ্রা হায়তুন খনবদ রারে। ঐদি থর থু-না থবক পাঙথোকপা পাম্নে।

মমা : এঃ তাঙাং ঐস্থ ইনাহুপীদ হংলম্মিবনি—মখোয়' পাবুংগস্থ তানরম্লিবনি। ঐগ মখোয়' পাবুংগাদি থুনা লোইথোকপ পাম্লবনি। অহুদ হুপীমচান মাগী রাখলসি লেপ্তবগুম তৌই। মাগীসি মাগী রাখলদ লৈরিবস্থ করিনো হায়ব অমুক্ত হংজথিগে—তকশিন্নব তৌজাগ।

তম্ফা : হুম, য়ানত্রবদি কদায়নো হায়রিবনি—ইন্না য়ানবনিন হায়রিব মখোয় মশেল য়ানহুন ঐখোয়মপৈ খঙলকপনি হায়রিব। ঐ মাগী পাবুংগস্থ মক্কপ্নি ইবানি গপ তৌনগদবস্থ লৈত্তে, অহু-আদা কৈস্থ শাংথনয়োই হায়রিব। ইমৌন য়ুমদ

তৌরম্নিবসি ইখঙ খঙলমত্রে, ইমোচাগ ৱারী শারুবদৈ ঐগী য়াখলসি লুন থনব ঙম্মকলে—হায়। লুহোংবগী ৱা থমখো হায়নে। 'সিদ ঐস্থ তৌকম খঙদতুন লৈয়ে।

তম্ফা : হুম, ৱাহু লুরিকো। শীরহরি বাবু, মমাইবেম্মা ৱাহু ইলাই লাইদে; ঐখোই' মুপামচা থায়কতামাক্লে, মখোয় মশেল অমুক্ত ঙাঙনসহু।

বীর : কৈ 'হুস্থ। মখোয়ন লোইজব ঙম্নবস্থ ঐখোয় কোক চীকত্রেদনা।

মমা : হো তাঙাং, ইবুংঙোহু থর লাকহনবিয়ু।

তম্ফা : করে, ঐ য়োরগে, ঐখোয়' মুপামচাদি হুকান্দ লৈরমগনি, মা হুকান থাদো:কপস্থ য়াদবনি; Company গী agent মরামসিন মুংশিংমুক কুংই হারবতুনি। ঐ ইমোচাহুবু অমুক্ত উননিংইদা—মঙোন্দগী মুপীমচাগী ৱাখল কমদৌ-রিবগে হায়বস্থ খঙব ঙম য়াই নীংই, মুপীমচা মপামক্তদি ঐখোয়ন ৱারীসি শারুব য়াদবনিন।

মমা : মা ঙসি নোংম-নিনিদি লাক্লোই হায়রমাক্লে, ঙয়াংদগী লাকত্রি।

তম্ফা : মর'ইন লাকচনি। মাদি শূত্রবাদ চায়া হেন্দৌরিবনি। লাক্তব য়ায়োই। ( ইমোচা লাকই )

মমা : এঃ হায়নরিভৈদ লাকপু লাক্লে।

তম্ফা : ইচা লাক্লেদনা! পাবুং নঙবু উননিংহুন ঙাইরম্বনি থবকসি করম তৌবা ?

ইমো : পাবুং লোইজরে। মচেৎ থিত্ত ঙায়রে, মনুংগী মথক থংব শরুসি য়ং থজিক্তং তৌগদব—wiring থয়প লৈরি, অতৈদি লোইরে। ঙসিদি লোইশিঞ্জরগে।

তম্ফা : কাসিগী মপুন্থ করি হায়গে ?

ইমো : কৈস্থ থোইদোকপদি হায়দে। পামই—পামদে হায়বগী ৱারী

শানদে, ঈশৈগী লাই য়েকপাগী ৱারী তৌই।

তম্ফা : কমদৌবগে ৱারীবু শানব য়াত্রা ?

ইমো : সুম পংশাদ শাব হায়রবসুনি, অথঙব থন্ন, খঙদব থন্ন।

তম্ফা : নখোয়' মরুপ বসন্তগ লুহোংগদৌরিবনি—নঙ খঙলমদবসু য়াই। মতুং অমুক ৱারী শানরবদি লুহোংব থন্ন থুজিন্নব তকশিন্নু। পাবুং মসি হায়রগে তৌবনি।

ইমো : এঃ ঐদি খঙবু খঙদে। য়ান্ন সুংঙাইব য়ানি, তকশিগ্লগে পাবুং।

তম্ফা : নঙগী খুৎশূমন্দু নঙ' পাবুংন পীবদ নত্তন ঐনসু হাপকনিদা, ইচাগীবু হেন্ন হাপতোক্লগ লোইরে।

ইমো : থোইদোক মন্থগী খল্লুদে। কাবক—কাবক চৎনব য়ানব হোৎনবনি, য়ান্ন নানবদি ঙমত্রে—হাথু হাথু তৌবগ।

মমা : থবক্কিদি ইবুংঙো কমনথ্রপোৎনি, নচন্ন য়ান্ন পামজত্রে।

ইমো : খঙদে, ঐসু হৈপোৎ নত্তে, সুম হোৎনব হায়রুনি।

তম্ফা : করে, অদুদি ঐ য়ৌরগে। ইমোচা নঙ ঙসি থবক লোইরগ ইপাগী চুকান্দ হাইদোক্লকউকো।

ইমো : য়ান্ন কনি পাবুং।

তম্ফা : বীরহরি বাবু য়ৌরগে, অদুদি থবক্কু অদুম হায়ন তৌসি।

বীর : ফনি, অমুক চথোকচরকে। ( তম্ফাজাও থোকখি )

ইমো : ঐন ঙন্নাং রং টিন অম লৌবিরমউ হায়জরম্বনি, লৈরত্রা—লৈত্রিত্রা ?

বার : ঐদি খঙদেনা !

মমা : নচন্ন লৌরক্লবদি লৈরমগনি, লৌরমত্রবদি লৈরম্লোই ; ঐ অমুক্ত য়েংথিগে। ( চঙঙ্‌রগ ) লৈতে।

ইমো : অদুদি ঐ লৌজরুরগে, পৈশা থন্ন পীবিন্নু।

বীর : য়ানি য়ানি। ইবুংঙোন লৌবিরুরবদি য়ান্ন করে। ইমুংমন্নুং

ওইঁন থল্লগ লোইরেদা—কো ইবুংঙো ! সে—লুপা ৪০ সি পুরো, তাভাওথোন্নদৈ হেক লৌরকউ।

ইমো : ঐ লৌজরখিগে। (থোকখি)

বীর : অদো কমদৌবা ? মুগীমচাবু মবুকসি ইন্নাঙ লাঙরনহে, কদ্ধ কন্নি থঙই ?

মমা : থঙদে, য়াথল থাম্ন থনবগুম তৌই। লুহোংবগী য়াসি লৌদোকলুরগ ঐন হায়ন্নিবছুনি।

বীর : অছুগী য়াদি artist নি হায়রিব'সনি। মাগীসি মপুরুীংগী ঈতৌদ লৈরে।

মমা : অদো লীকোম শাগদব ময়ামকো ওন্ন হোৎনহৌবন কৈ। Necklace অম, হৈবী মপান অম, মরৈ, খুজী জুয়া ৬, লৈ—শমজিরৈ অমত্ত য়াৎপ য়াপোৎ নত্তে। হয়েং মাইবম্ন য়া মথক থংবদি ঐ'দ য়ারোইকো।

বীব : কাংখান, অম্বারী, ড্রেসিং-টেবল, সোবোক্স, বার্ডরোব মপৈ অমত্ত লৈজ্রি; নখোয়ন সনারোমদদা—উরমাল্লে।

মমা : মুগীন সনা য়াঙরবদি কৈদৌনি হায়গে ?

বীর : মাদি সনা পামদবনি, লৈ না হেন্ন পান্ননি। আতম্ন গুলাপ অঙাংব, তথেন্নেন হেন্ন থরান্ন তাজবনি।

মমা : মতুবু অউনপোৎনি হায়ব য়াব্রিব্রাও ?

বীর : তম সুন্নমঙবু হায়রিবা, ইচান পামজবতুবু হায়বনি।

মমা : অদো সনাতু শারুরগে কৈশাম গোপালগী কোলঙদ চৎলগ। সনাসু পীমু, শাসু শাউ হায়গে। ইচাগীদি অয়োবীদ তৌদব য়াদে।

বীর : করে, তৌরো। সনাদি নখোয়' নথৌনি। ঐসু ঐগী ইথৌ লৈনা। ঐ ভাইহাক চথোকখিগে। মুপামচা থবক শুবসিদ লুপা ৩০০ দং পীথো, অরাংপ কোন্ন হাপকে হায়মু।

মমা : হোয় হোয়। মশি পাখংসি ঙসিদি রাজুম খর ঙাওনখিগে। মুপীমচাগী মখোই লাংঙভিসে মাগ খেংনকুবদে ওইন তৌই।

বীর : মুন য়েংউই, চোপ-লাকনিকো। মঙনগ অঙাং কেহনবনে মখোয় মুপীসিদি মখোয়' রাখলগ কৈনোমা মৈব ওয় মীগু হেক্ক পাম্বনি, নঙস্থ অতু মঙাই।

মমা : অতু মঙাইদনা, মুপীগী থম্মোয়দ ভিং পাশকনব ওমদব মুপা চুদি কৈদৌনি হায়গে, পামজদেয়ে।

বীর : চোপকনিকো মী' মাঙদ। হায়ন-খোখন তৌত্রবদি কৈনো খম্নব য়াই, হৌজিক্তি য়াদেকো—মুপাতুন নংগ-নংবনে। ( থোকখি )

মমা : খঙদেদা তৌরিসি, মুপীমচাসি কৈনোমদি তৌয়েদা। ( ইমুংদ চঙখি। শনারৈ, বসন্ত চঙঙকই। )

শনারৈ : ঋম্মূ। নঙ তুকান্দৈরা ?

বসন্ত : মানি, নঙনা কদায়দৈ ?

শনারৈ : ঐ কৈথেলগী Scene অমত্তু য়েংগে চৎলুবনি, কোটোম্থ খর নমলুবা। ( কেমেরা পুখোক্তুন থম্মী )

বসন্ত : নঙ থবক্ত পংচিন চিনশিল্লমাল্লে !

শনারৈ : চিন্দে। 'সিদি ঐ' ইথৌনি কৈনো। থবক চিল্লিবদি নঙ ওইরিনিদা, অচৌব businessman দি নঙনি, নত্রাও ?

বসন্ত : কৈনো নঙন অমুক্ত ভাঙথিজ্রিব রাঙাঙ ওইন তৌই মতু, ঐন businessman ওইর' কৈদৌরগে ?

শনারৈ : ইনাকখুনবন মুংঙাইরম্মি, লায়রবন রারম্মিদনা, অচুই রানি।

বসন্ত : নঙবু অতু খঙলত্রনে, মরাইবক ভৈম্বে রানি। ঐস্থ নঙস্থ ঐখোয়ন পোক্লিব ইমুংশিংসিদ পোক্লম্বে তৌবনে। লায়রব ইমুংদ পোক্লম্নবদি নংলেদনা। ঐখোয়ন ইনাক খুনগে হায়ন খল্লুবদি নত্তে হায়বা।

শনারৈ : বসন্ত, নঙ লাইরিক খর পাক্ত, ঐদি পাম্ব হৌয়ে। মঙ্গা

ঐগী relationship সি কাম্বরমত্রে।

বসন্ত : করিনো ইবানিগী relationship কাম্বরমত্রে হায়বদি ? মুংশিনববুরা ?

শনাবৈ : নহানমখৈ ঈরাংদ তাউহ্নন লৈরম্লে। ইবানি'সি মুংশিনববরা কৈনো ঐ হৌজিক Question তৌব হৌরে। ঐদি য়াম্ন ইকাইরে।

বসন্ত : করিবুনো ইকাইরিবহ্নবো ? নঙন হায়রিহ্ন ঐদি ঙকপু ঙকইনে। ইবানি শুক য়াম্ন মুংশিনরিবসি কৈদৌরবগে ? চহী ৫ শুরব নত্রা ?

শনাবৈ : চহী ৫ শুরে। চহী ৫ সিদ ঐ মুংশিবসে মশক খঙলমদ' জাৎনি, হৌজিক্তি খঙলে।

বসন্ত : য়াম্ন করেনে, নহানমখৈন স্থম পংপামদ পাম্নব হায়রহ্ননিদনা।

শনাবৈ : ঐ নঙবু কম্ন review তৌরি।

বসন্ত : তৌনা চাম্বরক হন্ন তৌ। ঐ বসন্তনে, নঙগী College গী মরূপ, হৌমিন্নরকপ, কোয়মিন্নরকপ, মুংশিনরকপ—ঐন নঙোন্দত চিংশিনব, নঙস্থ ঐঙোন্দত চিংশিনব—ইবানি লৈমিন্নসি য়াম্নেপ্নখিব। ঐ হৌজিক ঐখোয়' বাবাগী কারবার পুরা তৌরে। লুপা লাখ ২০ গী Capital investment, ঐগী Car অমী, Jeep অহুম, Bus মঙা, Tata গাড়ী ৬, Agency তরাগী Share Holder অচৌব কারবার-য়ালানি। নঙগ লুহোংগদৌরিব মুপা, নত্রাও ?

শনাবৈ : উম, মরামহ্ন উবদ ঐ য়াম্ন মুংঙাইরম্মি। ঐ অচৌব মুপী অম ওইগনি নীংলম্মি, অহুবু মহ্ন লাল্লম্মে, ঐ মসে নঙোন্দ হায়রিবসিনি।

বসন্ত : করিগী লাল্লিবা ?

শনাবৈ : নঙগী নরল-নথুম মরামহ্নন ঐগী পুক্নীংদ করিগুম্ব ইথিল

অমত্তসু পীরক্তে নঙনসু পীয়ক্তে। মসি নঙোন্দ য়াওদব জাংনি। অদুবু ঐ ঙসিদি ঐগী থম্মোয়সি অকনব নোংলৈ নুংশিৎ অম থেংনরে, অঙকপ turmoil অম ঐঙোন্দ কাওরে। মসি নঙোন্দৈ নত্তে নঙসি ঙসিদি ঐন ইচম চম্ম উরে।

বসন্ত : শনাব্রৈ! নঙ মদু করম্ম হায়রিবনো? ঐন হোংনরিবসে নঙগীদমক্ত To make you happy, নঙবু নুংঙাইহন্নব, নঙগী art কী field অদুদ নীংঙম্ম থবক তৌহন্নব, problem লৈহন্দনব। নঙন থংহন হন্দোক্লিব করিগীনো। ঐ—ঐ য়াম্ম ঙাক্ল! নত্রগ ঐন নঙবু নুংঙাইহন্দনব করি তৌথ্রে? লৈর'দি মদুস্ম হায়য়ু শেংদোক্লসি।

শনাব্রৈ : নঙ' করিমত তৌখিদে।

বসন্ত : অদুগ নঙন ঐঙোন্দ নুংঙাইতব অমগ লোয়নন হাম্মরিবদু করিগীনো?

শনাব্রৈ : নুংঙাইতে, মদু'দ অশেংবনি। নঙন ঐগী রাথলসে কৈদৌ-কৈঙদসু stir up তৌখিদে; ঐগী Inner self তা strike তৌখিদে। নঙোন্দ ঐবু stir up তৌনবগী মচ'ক থাঙ-রমত্রে। বসন্ত, মদুনি ঐন নুংঙাইতবসে। ঐ নীঙঙমদে।

বসন্ত : হৌজিক কৈদৌসি হায়রিবনো?

শনাব্রৈ : কৈস্ম তৌসি হায়দে। ঐ নঙবু মু শিরমদজাংনি মসি ঐ নহানমথৈ খঙলমদে, হৌজিক্তি খঙম্লে। ইবানিগীসি নুংশিনব মরী ওইরমত্রে—ইবানিগীসি Juvenile Relationship কুম্বনি।

বসন্ত : নঙগীসি ঐঙোন্দ insult তৌরিব্রা শনাব্রৈ? ঐবু insult ত্তি তৌগনু, ঐ শাউরগ জুগোৎ চাদে। ঐ নঙোন্দ কৈদৌকৈঙদসু শাউখিদে।

শনাবৈ : ঐ নঙবু insult তৌব নত্তে। ঐন খনবছু নঙোন্দ শেংনে হায়বনি। নঙোন্দ কৈস্থু insult তৌনিংঙাই লৈতে। ঐন নঙোন্দ insult তৌরগ করি ফাম্নরিবগে ?

বসন্ত : নঙন মুংশিবসি হৌজিক্ত খঙলি হায়রম্নন করিনো ?

শনাবৈ : মুংশিনব হায়বসি ইবানী লৈনরঙ্গ মরীত্থু নংলমত্রে হায়বনি।

বসন্ত : করিন মুংশিব ওইরবা ? নঙন মুংশিরিবন কনা ওইরবা ?

[ শনাবৈ খুমদে, বসন্তন য়েংহুন লৈ ]

শনাবৈ, নঙ artist নি ঐ খঙজি। নখোয় artist কী whimsical ওইবছু তৌরম্মু। কপ্লিংলগ কপ, শাউনিংলগ শাউ, অমেয়োমদ নখোয়সি অঙাংগ চপ্ মান্নবজাৎনি। ফরে, নঙন পাম্বছু ঐন পীননব হোৎনগে ঐঙোন্দ লৈরমত্রবস্থ থিননব হোৎনগে, নঙন ঐ.ঙান্দগী নাস্থোকে হায়বদি খল্লুম্নু, ঐ মহুদি য়াম্নোই, মুপা'মত্তন যায়োই।

শনাবৈ : ঐ নঙোন্দগী নাস্থোকপ—নাস্থোক্তব করিমত খন্দে। নঙসি ঐঙোন্দ ইচম চমই, মহাও যাওদে; 'সিদনি ঐন নঙোন্দ হায়রিবসি

বসন্ত : মহাও য়াওই, নঙন মহু খঙদহুন তৌবানি। শনাবৈ, ঐস্থ মুপানি, মুপা অমগী চাউখোকচব চপচাব নাপল লৈব মুপানি ঐ। ঐন নঙোন্দ হায়রিবসিনি—নঙগী অঙাংদৌন তৌব রাখলহুন ঐবু measure তৌবদ শেয়ান্নন ওনগমু। ঐখোয় মুপাদি ঐখোয়গী pride শোকপ য়াদে, ঐ নঙোন্দ মহাংমখৈ অকনব য়াহৈ পীজিন্নদে, মহু ঐন নঙগী artist কী mind অছুবু ব্যবহার তৌবদগীনি, ওসিদি নঙন মহুগী ব্যবহার অছু মাওহল্লে। ঐন অয়োইব ওইন হায়রিবসিনি—ঐদি নঙবু লোগনি। ইবানি লুহোংবগী মুমিঙ মহাক লেপ্লকউ—ঐন শাংথম লৈবন ফংদোব মান্দে—Good-bye। ( থোকখি ...

শনাৱৈ : ঐগী অনৌব Painting অসি য়েংউ।

ইমো : কোয় য়েংগে, ঐ ওসি অদোমগী Studio অসি লোইশিন-গদৌরিবনি। রাখল চোইথোক্লিংত্রে।

শনাৱৈ : হায় য়েংগদবনি। ঐন ওসাইমথৈ ভাইরম্লিবসি নঙবুনি। ঐন থরায় চঙন হোৎনবসি 'অর্থ য়াওদন মাওহনগনু, নঙ মিৎকুপ অমত ওইরবসু য়েংদ-য়েংউ।

ইমো : (ঈংন) কৈ য়েংগে। (চঙশিন্দুনা য়েংই) করি তৌরবগে (তপ্প) অসুক য়াম্ন পোথা-ওমত্রিসিবো? কদায়দৈ হৌরক-লিবনো রাখলগী নোংলৈ মুংশিং অদুবো?

শনাৱৈ : ঐ পেন্নে নঙগী য়াহং অদো! মতুন ওন্নে (কপই)—ঐন হোৎনজব মায় পাক্নে—(থরায় শোক্ন কপই)

ইমো : করিগী অদুক থরায় শোক্ন কপ্লিবদে?

শনাৱৈ : (কপ্প লাকশিন্দুন) ঐগী পুন্সিদ—ঐগী পুক্নীংদ কাওব থম্মায় ইথিল কোওদোকপসি ওসিন অহানবনি। হৌখ্রব শাংখ্রব মতম কয়া অসি ঐহাক সুমহায়ন অমুক্ত তৌথিত্রি। ওসিদি ঐগী পুক্নীং অমদি হকচাং অমত্ত ওইরে। ঐন তানগদব পোৎশক অদু ঐহাক মশক থওলে!

ইমো : মতুগীদমক্তরা কপ্লিবদো?

শনাৱৈ : মান্ন। হৌখিব ঐগী পুন্সিদ ঐহাক কৈদৌঙৈদসু ইত্তোমত ভাইহৌবগী উপাই লৈতব কিভম অদু থেংনরকত্রি। ওসিদি ঐগী রাখল অমদি হকচাং অসি অমত্ত ওইরব মতম অসিদদি শুক্ন ময়ব নোং-মুংশিং মরক্ত ইৎত্ত ভাইংৌবগুম তৌরি। ঐন য়ান চঙশিনবগ, ঐগী পনথুং অদুন অসুম অসুম লাপ-থোকখিদো মাল্লি।

ইমো : মরমদি ?

শনাৱৈ : মরমদুদি নঙন য়ুঙকম থোক্কই।

ইমো : চুম্মী শনাহৈ ; থৌদোক খুদিংমক্কী মরম নৈ। ঐগীসু ঐন তৌব থবক খুদিংমক্কী মরম নৈ। ঐগী পুন্সিদ, ঐগী রাখল অসি মীওইবগী হৌনশা ওইন ভাইহাক মিৎকুপ্তা হৌরকপ থম্মোয়গী ইথিল তুং ইল্লকবনি—ঐদি অহাঙব লমহাংদ ইপাং কনাসু য়াওদন ইত্তোমন্ত চৎপ মীনি। অদুবু ঙসিদি ঐন নঙবু থেংনরুরে। ঐ নঙোন্দ নকশিনগে হায়নসু থল্লুদে, অদুবু পুক্নীংদ সিমদি কাওই—নঙগী creative energy অদু মশক শেংন হৌহল্লিংই ; নঙগী Talent অদু লম অসিগী লৈহাওগ চুনন মপুংফান শাৎকায়হন্নিংই। ঐ অতৈ লৈশাবী কয়াসু থেংনগ্রে—অদুবু ঐগী পুক্নীংদ ঈনাশিল্লুবন হৌরকপ ঈহুল অসিদি কাওথিদে। মদু ঐন নমথনব হোৎনৈ, ননথগে হায়নসু থল্লী।

শনাহৈ : ক'রগীদমক্ত মদু নমথগদৌরিবনো ?

ইমো : কৈ-দৌরুনি মহুন, ঐঙোন্দ নীঙঙমদবগী চৈনাত পীগদবনি। নঙগ ঐগ পুন্সিগী মীৎয়েং মান্নদে, য়ুমকসু মান্নদে—নঙন ফুংঙাই-য়াইক কাঙলুপ্ত পোকপনি, ঐন অনংব অন্নাৎপগী চৈনারক্ত পোকপনি। অনীসিগী পুন্সিগী মিৎয়েংদ তিন্নকম লৈতে।

শনাহৈ : চুমই, নঙগ ঐগ হৌরককম থেন্নে। অদুবু পুন্সিগী মিৎয়েং তিন্নকম লৈতে হায়বদুদি নঙন হেন্ন হায়জিনব ওইগনি—থঙন থঙন নঙন হায়জিনবনি। নঙন মীওইবগী পুন্সি অসিবু থঙননব হোৎনরবসু, নঙ মুপীগী থম্মোয়বুদি থঙননব হোৎনদব মীনি। অদুননি নঙন থম্মোয় কল্লিবসি।

ইমো : কৱে শনাহৈ ! য়া অম হংগে। ঐন নঙগী থম্মোয়বু থঙনব হোৎনরুবগী করি তোংজব লৈরুখিনি, নঙদি লুহোংগদব হয়েংত ভান্নরবনি।

শনাবৈ : থক্লে ; নঙ থাম্ন নশাগী য়েংব, নশাগী থুদোং চাবতদক থনব মীনি। মুংশিব পোৎশক অসি নঙগী ওইত্রবদি মুংশিব থাদে হায়ব মীনি।

ইমো : মীওন্তমদৰ বৈশা হায়বসিদি মীওইবগী পুন্সিবু তপ্ন তপ্ন চাকথেকই।

শনাবৈ : ঐদি বৈশা অত্থু লাংলবীমি।

ইমো : শনাবৈ!

শনাবৈ : ঐন মুংশিবদি নঙনি। ( কপই )

ইমো : শনাবৈ, কপকন্থু। ( মথুৎ পায় ) নঙন বসন্তগ কুইন লৈনবকপা মন্নী অদো ঐন মুপা অম ওইন ইকাইথুম্নকম থোকপনি। ঐন নঙবু মুংশি হায়বসি হায়দবন কন্না?

শনাবৈ : ঐন তাঁনিংব রাহৈদি মহুতনি।

ইমো : ঐন করিগুম্ব নঙবু ঐগী ইকমদ পুব ওম্নবদি য়াম্ন মুংঙাইরমগনি। অনিংবশিংগী মরক্ত—চন্না হেল্লবশিংগী মরক্ত নঙ ঐ পুম্ন পুন্সিগী মহাও থিমিন্নব অত্থু ওস্থোক্ন মুংঙাইরমগনি।

শনাবৈ : ও! ইমোচা ঐ হায়কম খঙদে। ( কপই )

ইমো : শনাবৈ, ঐবু কাউথোকউ। ইবানিগী মরক্ত লৈব লম্বীদি মহুতনি।

শনাবৈ : কাউথোকপা নত্তে, নীংশিংবনি। ঐন তৌগদবসি মহুতনি। মহুন ঐগী পুন্সিগী পাঙল ওইগনি।

ইমো : করে, নঙগী রাথল-চুংদ ঐগী ইকম অম পীবহুন ঐগীসু অপেনবনি হায়না পৌরগে। শনাবৈ—নাকেন্থা হৌরকপদ শাংপী লৈ, ঐগী পুন্সিগী নাকেন্থদ নঙন ইমাওদ শাংলম্নে। রাকটাংগী উন থাঙলগা য়েন্নীং—থা য়ৌরকপদসু নঙন মাঙদ শাংলমখিসন্না? নঙদি য়েন্নীং—থা কন্নাদসু শাংপীনি নঙবু থাদোক্লিংদে ঐন—অত্থুবু থাদোকপা তাই।

শনাবৈ ঃ　　ঐ য়াম্ন ন্নায়ে ইমোচা। ঐ অসুম হায়রন কুইন লৈব ঙম্মোই। অরোইব ওইন অয়েপ্প অম খঙব তাই—।

নাকেম্ছাগী শনাবৈ ন্নাকচীংগী উন্ন কংহুন্নবসু য়েন্নীং-থা কাওব শাৎপীনি—ঐসু শাৎখিনি য়েন্নীং-থা কাওব—নঙন শকপ য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ তাখিগনি। মতম অস্তুদ নঙগী মুংশিব ঈশৈ অদো ঐবু থম্মোয় পেন্ন তাহল্লু।

[ শনাবৈ ইমুংদ চঙখি। ইমোচানা চঙশিন্দুন Canvass তা য়েংই। ন্নাখল থন্ন থবক শুকমদা চঙই। ]

LIGHT OFF

---

# "য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ"

[ অরোইব উৎপ ]

---

[ Studio শেষ লোইরে। শঙ্গাব স্থুমিৎনি। শনাবৈন য়েকপ Painting মপ্লাম মামোন মকম চাব য়েংদুন থেৎলি। বীরহরি থোক্লকই। ]

বীরহরি : মাই' মামোগীদুবু য়াদোরিব্রা ?

মামো : য়ানমি ইবাই।

বীর : ভাইহাক লৈরবদি মপ্লাম য়ৌনয়ক্লনি। চাকস্থ লোইদোরক্লে।

মামো : চাক লোইবগ য়াপা চারনি। শনাবৈদুবু কদায় য়ৌগ্রবনো—হোরেল মা লাক্লগ অমুক কজদে হায়রব্রা হায়ন নীংজিং-মাংজিং তৌরে।

বীর : থওদেনে মাসন তৌদোসে। ওসিদি ভাঙাং তম্ফাজাউস্থ বা ভাঙনসি হায়রনি।

মামো : করিগীনো ?

বীর : অ—নমৌ থাজবগী য়াতুখো হায়বা !

মামো : ও, বসন্তদ ! ইবাইনবু করি খল্লিবগে ?

বীর : করি খল্লুনি হায়গে—মশা-মশা য়ানরে হায়দুনা কৰে সিনিদন ! তম্ফাজাউস্ম মল্লাপ্পি মল্লপ মচানিদন। চাম্নন লৈমিন্নব য়ানি খল্লিনে ঐদি, নওবু করি খনবগেনে ?

মামো : খওদে করি হায়দোনো। ইনাকখুনবগী হায়রুবগদি হায়-নিংঙাই লৈতে। বসন্ততু থব ফুটানী তৌই হায়বগী য়াদনি—অকব মীনি। মখোয় মশেনবু য়ানরবদি কৈ

বীর : মশান য়ানৈ হায়রন অসুক কুইন খঙনখল্লিবসিদি ?

মামো : হৌয় খঙনরক্তই। অদুবু কনা' খঙম্বি অমুক য়ানিংদবকা য়াওরক্লম্লবদি শনাবৈগ থব মুন্ন হংনবদি কৈ।

বীর : নওবু অদুগুম্ব শামিন কংব্রনে ?

মামো : কংদে, সুম্নমক্তবু হায়রিবা।

বীর : নচেনস্ম অদুম হায়রন থব থব হায়নহে। কমদৌরিজাংনো 'তুবো ?

মামো : ঐন খঙই হায়ব নত্তে। তাংদাংব অম খঙব কৈ হায়রবনি। ইচেদু ঐ য়া অমুক্ত হংখগে।

বীর : উম, অমুক্ত কুপ্প হংনো, নচে থাদোরক্কে। মান হায়রববু ইমোচা খঙনঙৈদগী য়াঙাও অম তৌই হায়নে—ইবাইদি মী' মাঙদ চাং তাবকাদি পামদে।

মামো : চাংবুদি কৈদৌন তারুবগে ? চুম্নবস্ম ইমোচাদু অকব মীনি।

বীর : মীবুদি কগদৌ মাল্লি। অদুবু চহী ৪/৫ গী মমাঙদগী থাজবগী য়া ওাঙনরিবসি কমদৌ তাবা ? হুম নচেগ ওাঙনৌ, ঐ মা কৌখোকলুগে। ( চঙখি, মমা থোরকই )

মমা : কৈদৌই হায়বা ?

মামো : করি করি এঙ্গাং থোংলিবগে ?

মমা : ব্রো অম, শরেং অম, শাক্তা লম্ভাউর অম, ইয়োনর অম, চয়াই, কেংবী থমচেন্না খরাই-থরাক আরুগ থোংবে অম, চক্লুং, ফাংজো, অজোব সীলমি ।

মামো : মরে, ঙসিদি শোম চারগে ।

মমা : অতু মঙ' হংগে হায়বু কন্নিলো ?

মামো : কোয়েল তাঙাং তম্ফাজাউপ লুহোংবগী মা তুপথোক্লগনৌ রিব্রা ?

মমা : তুপথোক্লব তৌসিব্রা হায়গ্রিবা ?

মামো : শম্নাবৈনবু করি হায়রিবগে ?

মমা : মাগীদি থোইদোক্ল পুক্লীং চঙদেনে । চহী ১/২ মুমদ কৈ-মি লিমাল্লে, তপ্প তৌসি হায়নে । কোমকল তাঙাংন হোঙলসি হায়ন পংতক্ল তক্লই ।

মামো : ইচেবু মথোয়' মাইবম ইমুংসিবু শামজ্রাও ?

মমা : পামই কৈনো, সিদগী হেন্ন যব কনা লৈরগে ?

মামো : কারবসি কৈদনো ?

মমা : ইনাক থুন্নি, মপা শাইরিক তৈ, লৈবাক্কী সঙ্গ তৌই—থুং কল্লি, মুপা মাব শকল্লি, সিঙ্গডাইনে নিঙোলগী কনর হায়রবু ।

মামো : থুং কন্দবা ইনাক থুন্নবদি কয়মৌবা ?

মমা : চয়া হেনগে, মথুবাক কুপোন হুগে—থুন হুদুগে হায়বনিদন । ইবুংঙো, ইচা-ইশু থাজবদিনে—চাব রাংলোইদৌব, মথোঙ-মথুং চোং চা—চোং-চা নোমোইদব, হুপা মমুমগ্র ঐথোয়ন হায়ব ইনগনব ক্লেংজৌবনি । মহু নত্রবদি কান্ন'দ । মথোয়গী-দমক্ত রাবদ অা পীশক পীক্লিডৈবগী বান্নকপসি ওক্লোইদবনি । নঙগীহুবু করি রানোনে ? তুমিন্ন থকক শূব অসিগ নক্-শিন্নরব্রা হায়মি ? —ঐদি মচেনরোনকো অহুম তৌরগবনি ।

মামো : হায়রিবসিবু ইচেন খঙজ্রনে অঙাংগী ৱারো ?

মমা : কদায়দৈ খঙদৌরিনেনে ঐন !

মামো : শনাইরেদি ঙাইরাক লৈতনা ইচেগ ৱা ঙাঙনৈদনা, অহুদ করিগুম্ব ঈঙিৎক' তৌব্রা হায়মি ।

মমা : ৱাবুদি য়াম্ম ঙাঙনৈনে। লায়দব মীতা জাৎনি হায়নে—অহুবুদি ঐস্তু খঙইনে মাগী মতৌহু উবদ ; মমিৎ অহু মী অরুব জাৎনি। মসিন চিংথোকগ্রবদি মাইবম মমাঙদ ঐদি শিরেদকো । তঙাং তম্ফাজাউসিস্থ মরূপ ওইরগ কব য়েক্লব ওইরবদি শাথীব মীতানিনে ।

মামো : ঐদি করিমত খঙদে। নখোয় চেপ্তনব যুম্ম খঙন তৌ হায়বনি। ইমৌনবু প'মবদি লায়রব ওইরবস্থ য়াই ঐ'দি—ইমৌ মতোমওনি—ইমৌন পাম্বত য়ই ।

মমা : ইরায় লায়থোকম্ম তোম্বা। ঙাই ওইনবগী ৱাসি পুরা চহী ৪/৫ তুবনিকো। হৌজিক মতম চারক্লবদ ফৈনকা চৎখিব য়াপোৎ নত্তে ।

মামো : অহুই রানিনে। কৈদৌন ফৈনবুদি চৎলুগবনো—ইমৌন পাম্বহু অচুম্ব লম্বীনি ।

মমা : মান প'মই হায়ত্থন ঙসিনি মাগী লাই য়েককম সঙ্গাবগী চাক তৌরিবনি। মাইবম্গী মপা-মচা, মরূপ মপাং লোইন বার্ত্তন তৌরিসিদি ।

মামো : হোয় হোয়, করে কর—ঙতু লঙনিং তৌম্মি। চাক লোই-শিনহল্লো, ঐগ্যা মচাহু—য়েন্সাংহ্নবু অঙৌব য়াওদ্রাও—য়াওরবদি য়োংচাক খর হাপপু হায়মু—মখোয় চাত্রবহু ঐদি চানি

মমা : হোয় হোয়, ঐগ্যা মচাদ তৌনগে। ( চঙখি )

মামো : কুমৈস ইচৈদ লৈব জাৎ ওইরে—মুংঙাইদৌরিদা ! ঐগী ইমৌ অঙাঙবীহুবো কদায় য়ৌগ্রব জাৎনো—মাবু ইমোচা-

খোরদ য়ৌগ্রজাংলা ! বেরা লৈতে য়ৌনিংলবদি থোক য়ৌথোকউ ইমৌসিদি ... ... মাম্ম লৈদনা ।

( তম্ফাজাউ চঙলকই )

তম্ফাজাউ : এ' মাগী মামোনিনা, লাই ঙেৎলিব্রা ?

মামো : এঃ তাঙাং ! তাঙাং লেঙশিল্লু। ইবাইসু ইচেসু হৌজিক্ক লৈরম্বনি। ওন্তান লেঙভক্‌প করেদা। খঙদে লাইয়েককম কা শাদব য়াদে হায়রুন তনশা শারিবসিনি—তাঙাংন মপোৎ মচৈ লোইন থাবিরকই হায়রে।

তম্ফা : থবকশুব অঙাংশুসু থারিবনিনে। চেকশিনব মী থম্মুন শূহন্নিংই, ইমৌন পাম্বদ তৌদব য়ত্রা ?

মামো : খঙদে তাঙাং, এগী ইমৌসিবা মথোগ চাদবনে—হয়েং তাঙাংগীদ লৈরবকান্দ—হা তাঙাং সেবা পেন্দবরা করিনো ?

তম্ফা : মখোয় সেবাকা ইয়ম্ব পাম্দ। মখোয় হৌজিক মতমগী মুপীনবু কনাই মকু-মনেমগী সেবা তৌরুগবনো। মখোয়গী মুংঙাইনব থনবিবগী য় নি ।

মামো : মন্নাংবক ফবনি ।

তম্ফা : ওসিসু নবাইগ রা খর ঙাঙনসিরা খল্লিবা। এনদি ফন য়ায় তক্রে অহুবু নখোয়' নবাইসিন তন্দে মান্দে তৌই। মাগীসি মপুক্লীং হোংল'জংলা নত্রগা শেশ পায়দহুন তৌরিব্রা ? শেল পায়দব ওইরগ এন লোইন তৌরগ লোইরে। মপুক্লীং হোংব ওইরগ মা-এ ফি শেম্নদব য়াদে। নখোই নবাইনকাদি তম্ফাজাউদৈ হেনবকা য়াপোৎ নত্তে। এদি য়ায় ফজবনি. মুপী হায়ব হায়সিদি মুপা ময়ুম্ন খর নোল্লপ লৈবনি। মুপীগীদি কোকথোং অমনি—নত্রা ? লৈশাবী অরী অরীবী দবল থোক্লক্লিৎসিবু করিগীনো—মুপা কংদ তৌরি নত্রা হা ? ইচাগীদি লিদ লিবজাৎসু পায়দে, চহী

২০ দগী ২৫ গুব কাওবগী খর মৌব লেংদা পামই। মীন-কাদি য়াম্ন পীগে হায়রগ্রজাংনি। ইচান নখোয় নমৌসি পামই হায়ত্নন ঙসিকাও নবাইগ নচেগগী য়াকা য়েংলকপনি। ইচান্নুপাম্ন লাক্কনি। হোয়েন্দ নবাইনকা ফুটাগী ভৌয়ব্রা ইবো ঐদি ঙসি নমৌসি হেক্তা থাংত্নন পুনি. কেশ ভৌয়েদন বেশ! লৈবাক পুংজাও থাল্লবদ মাইবম্ন চেপ্পদি নহী।

মামো : তৌনবিয়ো তাঙাং, ঐদি কুশৈ মুংঙাইর লোইয়ে। ঐদি মীচঙকাদি চঙজদেকো চুম্নগী ভাবোক্লি। তাঙাংদম্ন ইবাইদম্ন স্মিমদি হায়জরোই। করিগুম্ব শান্তিপূর্ণ ওইন চত্থরব ঐন তৌকম থোকপ; নোম্ব য়াব, চেনব য়াব হোৎনজগনি। লালনোমদ চঙশিনব তায়বদি ঐদি ভাবোক্ত অত্নম লৈজগে।

তম্ফা : য়াই য়াই, কুশৈ মুংঙাইন য়েংউ। চাকম্ন হাওন চাসি। য়োংচাক ইয়োল্লু হায়খিবনি—নখোয়' য়ৌকাত্ন চানিংদেদা, ইপা ইপুগী য়োংচাক ইয়োনবগ হরাই মতোনগ লোইয়ে ঐগীদি ঙারীনথাত্ন থিত্তং অমগ য়াওরগ লোইয়ে ( মতীন য়োংলী ) তিনবু চুংক্ত হায়। মন্নুং চঙলুখিগে—চাক থোংব য়েংলুগে। ( চঙখি )

মামো : কন্দি কনবজাংনি মুপাসি। ( ঈশৈ ঙংন থবক তৌই। বসন্ত, রজনী, হেমন্ত চঙলকই )

বসন্ত : Sofa সিদ ফমাসি। এঃ মামো! থবক কল্লিনা!

মামো : Hello – Hello য়ৌরক্লেদনা কম-কমতৌব! রজনী বাবুগ হেমন্ত বাবুগম্ন লেঙলক্লেদনা—Good Company.

রজনী : য়ৌজরক্লে মামো! অদোমগী কর্ম্মসি কমদৌবা? নমৌ ইবেম্মবু লৈব্রাও?

মামো : লৈরমগনি, হৌজিকরাইদ লৈরম্বনি। লাই মরাম থেৎলু হায়ত্নন ঐ লাই থেৎপ হোৎনরী।

ঐদি লাল্লেনে। চাক লোইজিত্রাও মামো ?

শ্রীমো : এঃ লোয়বজাংনি। ময়াম য়ৌয়কপ ওাইয়শ্বলিনে। তাওাংস্থ লেওশিনগ্রে।

বসন্ত : ঐখোই' পাবুংবো ?

মার্মো : অহোয় !

হেম : য়াম মুংঙাইবগী য়ানি। ঐখোয়গীদি থর থুন হোওদোক্লসি হায়সিনি—মামোখোয়ন 'স্থম মতমসি শাংদোক্লমানে।

বসন্ত : ময়ম লৈ তৌয়িনি ভায়।

করি ময়মোনে ?

হেম : হেয়া, অদোম অন ভাব ইতা-তাদে। মুকান্দ কম্লগ কৈথেন্দ চৎলিবী লৈশাবী, মৌনহা ময়াম য়েংলিজৈদ ঈ-পাউ লৌবকা ইওম ওমদমাল্লে।

রজনী : করি য়ানোনে মাওদ লাকপ ফজব দৃশ্যচুবু কনাগী মিৎন য়েংলোইদৌয়িবনো! ঈ-পাউকা দরকার লৈতেনা—থবক মতম মতমগী ময়মাই লাকচনি। ওসিস্থ চাক চাব লাক্লি-বসিনি। ঈ-পাউগী য়াদি অদোমদগী ঐন হেনগদব থর লৈ।

হেম : করিদনিনা ?

রজনী : থাইরম্বন্দ কৈথেল অসিদ অয়ুক্কে মুংদাং কাওবদ নোংমেদ চৎলিবী মুপীশিংসি হমুবী, মৌ-মীয়ায় কৈথেল কপী থাই-দোকপ্রগ মৌ-নহা, লৈশাবী-দবল, লৈশাবী, লৈশাবী মচাগী চাং অসি কয়াম চৎপগে ? মোং-হাদবী, খৎ-খৎ লাউবী ইনাক থুনব ঈমুংদৈ থোয়কপ, অনংব ইনাক থুন্দবগী—শক বজবনা কয়া, শকথীবন কয়া—মশা কঁব, ময়াও কংবন কয়া—অদুগ কৈথেলদ থবক লৈতবীশিং—নোংমগী হিসাবতা কয়াম চৎপগে হায়বসি ঐ থওজি।

মাম্মো : ভালো—ভালো ! Guinness Book of World's Record দা হেনপোৎ নত্তে । য়েংশিনবিয়ু রজনী বাবু। কনামতা অতুম হায়ন য়েংপোৎ নত্তে। Statistical account অম কৌভলগ লোইরেনে ! Observation হায়রবসি Science ভরা Arts ভরা ইয়াঙ্গ রাওরব থবক্নি।

রজনী : তাশংবনি মাম্মো, ঐ য়াম্ম মুন্ন, য়েংলিবজাংবনি ( নোক্লগ ) খঙনিংবা অম য়াওন, য়েংবশু মুংঙাইমা—হঙ্গোইদন হায়রবদ মামো নৈশংবী য়েংবদগী হেম্ম মুংঙাইবসিবু করি নৈরিবগে ?

হেম : হেয়া ওস্তোক-ওস্তোকপ ! থয় থয় য়েংনসিদা !

মামো : বেবা নৈতে—বেবা নৈতে। বংসন্তসু মরূপ্ন, কৈসু বেবা নৈতে।

রজনী : চুম্মিনিদা মামো ?

মামো : মচুদি ঐদি খঙদে—য়েংঙদবন হায়ব য়েংঙরবদি মুংঙাইরম্মসু য়াউ—হা—হা—হা ... ... ... ! রারীসি য়াম্ম মুংঙাইরি, তাঞ্জাসিদ ঐ ইমুংদ অমুক্ত চঙলুখিগে, পোৎ অমত থিরগে। ওসিদি মুংঙাইব রারী শাসি, রারী মথা চথরম্মু। ( চঙখি )

হেম : নত্তে বন্ধু, ওসিসিবু চাকসু চাদোরে, অদু নত' heroine সিনা লুহোংসি ইয়া য়াদে হায়সিবু—মসিহুম থম্নসি ।

রজনী : হোঙনিংব্রবদি কমদৌসি হায়গে ?

হেম : কৈথেল চৎলিবীশিংহুদ হোঙমিংবন কয়ানো, হোঙনিংদবন কয়ানো ?

রজ : কৈথেলগী রাদি অয়াম্বন লুহোংবশী রাথলনি। কৈনো রেকশিব Lipstick সি dark-red কাসি তৈতেনা—appeal তৌনবা powder সিন কয়িনো মথায়সিদ হেক্ত তৈথলনিনে; ঐখোয়গী গৌড়লীলা নত্রগ শনশেনবদরা বালবাসু য়াওবদো —ঐদি মহু হেক্ত খিবশিনই। ইক্তি ইকাইপ্রবজাংবনি বন্ধু।

Make-up artist অম কৌথোক্লগ make-up school অম তৌসিনে—ঐথোর সুপীশিংসে তৈজনিংবগ পকচদবগ য়াম্ন হৈখিত্রে—খর্ ভম্বিব কক্রা ?

হেম : য়াইনে মথা তাখোনে, মুংঙাইরি ।

রজণী : হুঁ—ঐন হায়বদি সিনিমা ! ঐ, মায়সি মিংশেলদ উবদ ঐগী কুচু, মায়গী মওংসি খঙই হায়রিবা । মায়দ তপতান তৈশিল্লগ খুদাংদস্ু নত্রগ খোঙনমদস্ু ভৌথোরক্কে হায়রিবা । খিস্তুং পান তৈরগ ফজব য়াবহ্ রুং ওইন হেক থাই হায়বনিনে ।

হেম : মতুরা য়েংবদ মুংঙাই হায়রিবসে ?

রজণী : সিন মচেৎ মচেৎ খাইদোকপনি রানী—পুল্লপ য়েংবহুদগী —পুল্লপ য়েংবদি মুংঙাই খোঙদগী তোন ফাওব, ঈশ্বর সাক্ষী মুংঙাই । 'সিনা কৈথেলগী রানি, য়ুমগী রা তারসি ।

হেম : য়ুমগী রাদি সিনি । ঐথোয় বন্ধু বসন্তন লুহোংলসি হায়রিব—শনারৈন অরেপ্প হায়ত্রিবা ।

রজণী : করিগীনো 'হুবো ? নহানমথৈ য়ান লাকইহ্দি ?

হেম : মতুন নহানরাইগী রানি । রাকমসিন ঙসি ঙরাংগী রানি ।

রজণী : ঙসি ঙরাং কৈদৌরবগে ?

হেম : ( তুমিন্ন নাকোংদ ) পাখং অম থেংনক্রমাল্লে ।

রজণী : কনানে'নে ?

হেম : লাইয়েকপ Studio সি শেম্লিব—শিনাম ইমোচা—Top Artiste.

রজণী : ইমোচায়োমদ ওনশিনগ্রে—'সিরা ?

হেম : অহুনিদনা করি ওইনি !

রজণী : হেয়া, ইজৎকী রানি, ওস্থোক ওস্থোকপ ! চহী ৪/৫ মুংশিনরিবনি—চিঠিকা থানরিব-ইনরিবা ইমাইপেম্মা X-mas Card, presentation—কৈদৌরবা ? কায়দে বন্ধু ঙসি

রা লোইশিন্নসি ( বসন্তদ ) অলোম করি হায়রিবগে ?

হেম : সোমগীদি হায়কমকা খণ্ডপোৎ নত্তেদা, বুদ্ধি ময়মাল্লে। হোয়েন্স চাক চাব লোইবৈত্রুগা গাড়ীদ হাপ্লগ হেক্ত পুশ্রসিদনা ?

রজণী : ইকোং কো'ন হেক্ত পুসি। সিনেমা য়েংব চত্তব য়াদে Celebration গী Programme ওইন—বস লোইরেদনা!

হেম : য়ারে। অদু বন্ধু Plan final তৌব য়ারব্রা ? অদোমগী approval তমক ভায়রে, ননাই ঐখোয়দি লোইজরে। সিদগী হেন্ন কব Plan লৈত্রে।

বসন্ত : হের', লুহোংবগী রা লোইনরব মুপীবু চিংই হায়ব্রনে, মহুদি ঐদি ইকাই। ঐন পাম্বদি মহু নত্তে।

হেম : কৈনো ?

বসন্ত : সিনাম ইমোচাহু অমুক্তং তকপ পানই।

হেম : তক্র' লোইরেনে ; গাড়ীন নত্রা ?

বসন্ত : মক্ষ্যুবু হায়রানি—মুগুদ তকপ।

রজণা : তকশিনে লায়গ্রপোৎনি। ঈশৈ Programme অম শীল্লগ ঐখোয়' দামুখোয়-তোম্বখোয় ঈঙ্গিৎ তৌগ্র লোয়রেনে। চুদংনব মান কৈদৌনি হায়গে—থীজরগ লোইরেনে।

হেম : য়াচ য়াই। অদু মতুন সোমদ হেন্ন ফাক তানিকো—মতুতুম থলহৌ।

বসন্ত : মান ফুটানীকা তৌ' য়াপোৎ নত্তে। ফুটানীগী চপ্ চাব তৌনি।

হেম : ক'র, রা ভ'ভনরম্মু ঐখোয় চুকট শৈরুথিগে।

( খৌদেম্মগ খোকথি। লাই খেৎলিবশিংহু বসন্তন য়েংলিঙৈ শনাবৈ ইমোচাগ চঙমিন্নরকই। )

বসন্ত : ও! ভসাইমথৈ উদে হায়বদি অরুব থবক চৎলুব মান্নিদা!

শনাবৈ : উম, চৎলুই। ইমোচা কৌরুবনি, চাক চাব য়াওননব।

বসন্ত : কৈজো ইমোচান থরাক্ল য়াওকম খোকপদ চাক চাবগী কৌন-ল্লিবব্ু—চাক চাররোই হায়রব্রাও ?

ইমো : ঐ থবক অম কৈরবদন য়াওরব্রোইসিরা তৌরম্ব বসন্তবাবু।

বসন্ত : হেরা, নোং—কাদোকম্ থবক অতৈ লেপথোকপ য়াই। চাক চাবগি পৈশা কদে সিরা ? দক্ষিণা তৌনিদা, চাকম্ চাথোকনি।

শনাবৈ : বসন্ত ! নও' রাহু য়াম্ম কনখ্রি ; ইমান ইমাম্নবসি থর ইকাই খুম্নব কৈ। নখোয় ইনাক খুনবগী মী উশিত্তবসি কত্তে।

বসন্ত : অশেংব হায়রবনি। ক'রি শাউনিংঙ্গাই কৈবগে সিবো ?

শনাবৈ : অহুত্তম্বহু ঐদি য়াম্ম ত'ল্লবো। মম' কৈদ ঐ কম্মা থৌ-শারমদবনি। মী হায়বাস মীওইবগী গুণ হায়ব অম লোয়্নবনি। মহু থর খব খঙনা'স।

বসন্ত : খঙজেনে, নও ইকুই কুইদন মীগী মগুণ য়াম্ম Study তৌরেনে। ওঝাবু কনানো ?

শনাবৈ : মহুদি অঙাংগী য়াঙাংনিদনা। থর ভাব তান ঙাওনসি।

বসন্ত : নঙবু গপ য়াম্ম তৌরেনে।

শনাবৈ : গপ তৌরিবদি নঙনি—অহুগীনি ঐন নঙোন্দ হায়রিবসি।

বসন্ত : ঐ খঙজিদা ! ইমোচাস্ত য়ুম্ম খঙজিদা !

ইমো : বসন্তন খঙজিহু করিনো ?

বসন্ত : ইমোচা মতম থরগী মমাঙদ নঙগ ঐগ কৈনরম্ব মরীসি থবকী লমদনি। ঐন থবক পী, নঙন থবক নোম্মী—ইবানীগী মরক্ত মুংদ কনব তান্নব অহুগ শীংনবদি কৈখিদে। অহুবু ঙম্মিদি নঙন ঐঙোন্দ শী নরে।

ইমো : ঐদি অদোমগ শীংনদে বসন্ত বাবু।

বসন্ত : নঙ ঐঙোন্দ শীংনরে ইমোচা। ঙসি নঙগ ঐগ থেংনব তাই—রা ঙইন নম্মগ খুং ওইন—কনাম্ন ঙম্বগে হায়রবহু শনাবৈন খঙনহু। অহুগ সিমদি খঙঙু ইমোচা, নঙ ঐগী

ইথা থাব মীনি। নঙগী পুকচাক ঐন শীবনি, ঐ নঙগদি মায়য়োক্লনিংদবনি।

ইমো : বসন্ত, ঐদি নঙগ শীংনদে। নঙন খল্লিব য়াখলছ্নদ নঙগ ঐগ শীংনবগী মথৌ তাদে। অছুবু নঙগ ঐগদি মায়য়োক্ল-গদবদি লৈ—মীগী হুমাংমন্দগী শেন্দোং তানবগী লমছদ—মছুদি নাম্ভোকপ য়ারোই। ঐদি ইথুংম নোমছন হিংবনি নঙোন্দগী নিছন হিংদে, মীথা থাব হায়বছ নঙ অর্থ খঙ্গ্রে। নঙন মছু মীথা থাবনি হায়ন খল্লবদি ঐন নঙগী য়াখলছ defy তৌরি।

বসন্ত : করে য়াম্ন সুংঙাইরে। হৌজিক ঐখোয় অছুম লৈরে—ঐ নঙ অমদি শনারৈ; য়া শেংদোক্লসি। শনারৈগ ঐগ শাংন মরী লৈনছন লুহোংবগী engage তৌছন লৈ হায়বসি নঙ খঙ্গ্রা ?

ইমো : ঐ মছুদ থোইদোকপ খঙনিংব লৈতে।

বসন্ত : মছুনি ঐন হায়রিবসে, নঙন ঐবু উশিন্তবছুনি।

ইমো : ঐ নঙবু মীগ মীগ 'লনব মরীদ ব্যবহার তৌই।

বসন্ত : Then, ঐগী Fi-ncee দা নঙন interest লৌরিব করিগীনো—Tell me—why—why? নঙ ঐবু করিনি হায়ন খল্লী—a baffoon ?

ইমো : বসন্ত, ঐন শনারৈবু থনবদি মওং অমদনি।

বসন্ত : করি মওংদনো হায়য়ু, just flirting.

ইমো : ( শাউন ) বসন্ত, ঐ মীচোপ নত্তে—নঙদোন jealous ওইব মীসু নত্তে।

বসন্ত : শনারৈ, নঙ হায়য়ু, মান নঙোন্দ খল্লিবছ করিনো ?

শনারৈ : বসন্ত, নঙ য়াম্ন off balance ওইরে। নঙগী মী উশিং-ভবনি হায়ছুবদি করিসু কায়রোই।

বসন্ত : I know my balance—ঐ কনাস্থ উশিন্তে, নঙবুস্থ উশিন্তে। নঙ লেংন হায়রু। ( শনাবৈ থুমদে )

ইমো : করে, নঙন থঙনিংলিব ঐঙোন্দগী রাকম অছু থমখিসি। মসি শাউনদন ঈংন ঙাওনগদব রাকমনি। মছু ঙাঙনব্রিতৈগী মমাঙদ উশিংপ-উশিত্তব হায়বসি লেংদোক্লখিসি। ঐ থঙতি —নঙন ঐবু উশিংতে। মহু মহৌশানি—নথোয় ইনাক-খুনবন অনংব মীবু মী ওইন উদে—মহুদ ঐ করিস্থ খনদে, মরমদি মীগী শশেংব মশক্তি লেকপ ওনব য়াদে, মদো নঙন থঙব ঙমদে। নঙন থল্লি, অনংব ঐন ইনাকখুনব নঙবু হিগদবনি—মহু থায়নদি চৎনরমই। ঐদি নঙবু কিস্থ কিদে, উস্থ উশিংতে।

বসন্ত : ( শাউন শনাবৈদ। মসি নঙন encourage তৌবনি।

ইমো : অদোম্বু ঐন করম্ম খনবগে হায়বসিদ শনাবৈগী মকম লৈতে। ঐগী পুক্নাংগী নাপল সিদি মীগী নাপল্নি।

বসন্ত : That same pride ঐগীস্থ লৈ। নঙন হন্দক শনাবৈগী Studio অসি লেমহৈদগী নঙগী behaviour অছুন ঐগী pride তা effect তৌই।

ইমো : ঐগী behaviour হুদি হাবৈ হান্নগীহনি। নঙোন্দ শোকপ শোক্তবহুদি ঐঙোন্দ থল্লিংঙাই ওইদে।

বসন্ত : নঙ নঙগী খুমিং খুদাংদগী হৌরকপগী থোদো অছু নঙন কন য়াম্ন educated ওইহুনস্থ কাওকম থোক্তে। মীগী origin হায়বসি হেক্ত কোঙদোকপনি।

ইমো : হা—হা—হা— Origin ... ... ! ঐগী অহল লমন্দি নঙগী অহল লমনগুম্ন feudalism গী, নিংথৌ অঙম অথোগী power অছুগী মহুম লেঙ্কুন হিংলক্তে। মশান মপাঙ্গলতন নোমহুন হুমাংমন্ন মশা থাকচরকপনি। নঙন ঙসিগী সমাজ

অসিদ কংলিব status অসি অহুগুম্ব feudalism অমুন ঐগী ইপা ইপুগুম্ব মীচম প্রজাশিংগী মথক্ত নমহুন শাগৎ-খিবনি। নঙগী status অহু নঙন তাম্মুন কংব নত্তে। ঐন মহুবু করিস্থ ইকাই খুম্নদে।

বসন্ত : অহুগ নঙন শনাথৈবু পামলুম্নি। শনাথৈদি Feudal Society অহুগী শরুক অম নত্তা?

ইমো : মানি, শনাথৈস্থ নঙস্থ অমত্তুনি।

বসন্ত : Then নঙন তুকচরব Class অহুগী লৈশাবী অসিবু করিগী তাম্লুরি? নঙগী hatred অমুন লমন খুম্বদ মুপী অসিবু মাঙহনংগে খল্লব্রা?

শনাথৈ : বসন্ত।

বসন্ত : নঙ তুমিন লৈয়ু। নঙ করিস্থ উপোৎ নত্তে।

শনাথৈ : বসন্ত! ঐগী অংশংব থম্মোয়বু মাংথোকমু।

বসন্ত : (শাউন) করি অশেংব থম্মোয়? নঙন ঐভোন্দ মুংশিরিবহু মহুরা—for five years? you damn flirt।

(চওশিন্দুনা খুবাক থাই, শনাথৈ মমায় পা য়হুন কমথৈ)

ইমো : বসন্ত, মহু নঙগী থোনারা? নঙগ তৌব ওম্নি হায়বসি তাক্লিব্রা? মহুন ঐবু তুকথহনগনি হায়নদি থনগমু। নঙন, থাজব রাখলদ শিব ঙম্ব মী ওইরম্নগদি ঐ নঙগী challenge অসি accept তৌরমগদবনি। ঐভোন্দদি নঙসি ইচম চম্ব, কেথোক মৌথোক হৌজব পাথং অম ওইন উই। অমুন ঐন মুরুদবনি। ঐভোন্দগী নঙন থঙনিংলিব রাকম অহু ঐ হায়গে তাও—ঐ শনাথৈবু ঐভোন্দ চিংশিনগে. হায়ন থন্দে। ঐন মঙোন্দগী পাম্বদি—লমদম অসিগী মীওইশিংগী মশক শেংন থঙহম্নিংবগী রাতনি। মাগী Canvass তম্ব মথোয়গী পুন্সিগী ঈহুল অদো কাওহম্নিংই। মথোয়গী

থুনিংগী struggle, pleasures and pains, hopes and despairs কয়া অছুন মাগী রাখল্দ পীরকপ reflection অদো মাগী Canvass তন্থ ভাইহন্নিংই। শনারৈন ঐবুস্থ মুংশি ! অছুবু ঐন মছুবু মথৌ হাপতে। বসন্ত নঙনদি য়াম চাওই হায়ন খঙব অছুবু ভশেংবদি য়াম পীকপ সংসার অমদ লৈবদগী শনারৈসি নহানমথৈ মশক খোক্লম-দবনি, মাগী True self অছু নঙন discover তৌব ওন্নমজে। অছুননি নখোয় অনীগী মুংশিনবসি ইয়াং য়াংন লৈরম্লিবসি। হেন্ন deeper ওইন নখোয় অনী অমন অমবু rediscover তৌব মথৌ তাই। ঐন নখোয় অনীগী মরক্ত লৈ হায়ন নঙন খল্লিবছু অম্মানবনি। ঐ শনারৈবু ঐগী থুইগে হায়ন খন্দে। ঐ চৎলগে, রাকম থর ভাঙনগ্রে—শাউনগুমসি।

শনারৈ : ভাইথো ইমুমাচা !

ইথো : শনারৈ ঐবু বারোইগনু। ঐ নঙগী মুংশিবছুবু ইকাইখুম্নে মছুন অরোইব ওইরসি। বসন্তন নঙবু মুংশিবনি, মাগী কাইদা অছুদ নঙন লুথন খল্লমদব হুই—মগী হৈনরকপ ওইছুন তৌবনি। নঙন মঙোন্দ নীথিন respond তৌদে হায়ছুন মান শাউবসি নঙবু মুংশিবগী মৈয়ীন কনবননি। নখোয়নীগী Inner self অছু হৌখিব চহী ৫ সি খঙনরমজ্রি হায়ন খল্লী। হেন্ন intimately খঙননব হোৎনৌ। ঐ য়োরগে, নোংম ঈশৈ শক্লগে—য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ। বসন্ত লুহোংব বার্তন তৌরকউ। ( চৎথি—ভাইহাক তুমিন লৈ )

বসন্ত : ( ভপ্ন ) শনারৈ, ঐ খঙহৌজ্রে, ঐবু শাউগনু—ঐ শাউনিংবন লাকহৎজ্রে !

শনারৈ : চৎলো বসন্ত, ঐ ভন্মিদি য়াম মুংভাইতে। নঙগ রা ভাঙন-বনা ঐগী মুংভাইতবসি কোকপ ওন্নরোই।

বসন্ত : করে, চৎলগে । ঐ থর হেক্তিনম্রে—নঙ শাউরন্নু ; ঐ ইমোচাদ রা অমত্তম্ হায়রকম থঙহৌদ্রে ! ঐ চৎলুগে—ঐ লানথ্রে হায়রুগে—ঐন থল্লী, মচুম নঙন ঐবু ভাকপিগনি—good–bye । ( চৎখি )

শনাথৈ : ( কপই ) ইমোচা ! নঙসি মওং অমনি ! নঙগ কায়নরব হায়ছুরা ? নঙসি ঐন ভান্দুনম্ কংলরোইদব পোৎশক্লা ? নঙ, কংঙমদব পোৎশক হায়বছু ওইরবম্ ঐনদি নঙবু কংনিংলি । নঙগী য়েন্নীং-থাগী ঈশৈছু, ঐন কৈদৌঙৈদম্ কাউররোই । ঐগী brush না নঙগী খোন্থাং অছু থিখিনি । নঙ নোংম লাকখোকো—ঐগী Canvass না নঙগী য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ শকপদো, নঙ তাবখোকো ।

( শনাথৈ তরংদ য়েং'লৈ । মৈ মুৎলি । )

লোইরবা



———

# একাদমিগী ফোংলবা লাইরিকশিং

১। মণিপুরি জগোয়গী নৈনথিবা মশক ( ইংলিস অমসুং মণিপুরী ১৯৭১ )
সম্পাদক ঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ মমল লুঃ ১০,০০

২। মাধবী অইবা ডাঃ কমল ( ইংলিস )
হনদোকপা ঃ রাজকুমার বীরেন্দ্র সিংহ মমল লুঃ ৫.০০

৩। তাংখুলগী রারী শীংবুল ( মণিপুরী অমসুং তাংখুল )
সম্পাদক ঃ রাই, কে, সিমরে মমল লুঃ ৫.০০

৪। অরিবা মণীপুরি লোনগৈ ( মণিপুরী )
সম্পাদক ঃ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ মমল লুঃ ১৫.০০

৫। রস হুমফুমরি ( বেঙ্গলী অমসুং মণিপুরী )
সম্পাদক ঃ জি, সুরচান্দ শর্ম্মা মমল লুঃ ২৫.০০

৬। এন ইন্ট্রডক্সন টু ট্রাইবেল লেংগ্বেজ এণ্ড কলচর ওফ মণিপুর ( সেভেন ট্রাইবস )
ডাঃ কে, বি, সিংহ মমল লুঃ ৮.০০

৭। শ্রীকান্ত ( অহানবা শরুক মণিপুরী )
হন্দোকপা ঃ অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ মমল লুঃ ৭.০০

৮। নোংপান পোম্পী লুরাওপা অমসুং চোথে থাংরাই পাখংপা ( অরিবা মণিপুরী )
সম্পাদক ঃ এন, খেলচন্দ্র সিং মমল লুঃ ৩.৫০

৯। ঙাঙ্গোয় পরেং ( অনৌবা খুৎনম )
অইবা ঃ অশাংবম মীনকেতন সিংহ মমল লুঃ ৫.০০

১০। রেলিজিয়স ডিলপমেন্ট ইন মণিপুর ইন,দি, এটিন্থ এণ্ড নাইন্টিন্থ ছেনচুরিজ
অইবা ঃ ডাঃ এম, কির্তি সিংহ মমল লুঃ ৩০.০০

১১। খোমজিনবা মৈতৈ পুং তাঞ্জাও ( মণিপুরী )
খোমজিনবা ঃ শোগাইজম থানিল সিংহ মমল লুঃ ১৬.০০

১২। য়েন্নীং-থাগী ঈশৈ ( ড্রামা ) মণিপুরী
অইবা ঃ অরাম্বম সমরেন্দ্র মমল লুঃ ৪.০০